# ঐখোয়গী ধর্ম



শ্রীমোইরাংথেম নিংথেমচাও সিংহ

# ঐখোয়গী ধর্ম




অইব অমসুং অফোঙব

শ্রীমোইরাংথেম তিংথেমজাও সিংহ

সেক্রেটরি :— দিব্য জীবন সেবা সঙ্ঘ, ককচিং।



অক্ষয় তৃতীয়া

শ্রীকৃষ্ণসম্বৎ—৫২০০ ( ১৯৭৫ )

কোপী – ১০০০





মমল ৫'০০

ম – গৌরো প্রিন্টিং ৱার্কস, ককচিং বাজার ( কলেজ রোড )

| হিরম | লমায় |
| --- | --- |


বাকৌদোক— i-iv

১। ঐখোয়গী ধর্ম করিনো ?

ধর্মবোমদ ঐখোয়গী ... — ১-৮

২। লাম্লেংনগদব লৈরি :—

লম্বী অশোমদ শান্তি ; মকপ শেম্ব ; দিব্য জীবন পান্বী ; ধর্মন জগত পুবনি। ধর্মগী লংলাশিং ; অহানবদ ধর্ম ; ধর্ম য়াওব্রবদি মীওইবস্ত শানি— ৯-২৩

৩। ধর্মগী কৌরকফম :—

দর্শন অমসুং ধর্ম ; ধর্ম রাইহেগী হৌরকফম ; ধর্মগী পরিভাষা ; বিশ্বজনত ধর্ম ; ধর্মগী মখল— ২৪-৪৩

৪। পৃথিবীগী ধর্মশিং :—

ধর্ম পুম্নমক এসিয়াদগী শন্দোকখিবনি। অমত্তদগী ময়াম পোকখিবনি। হিন্দু ধর্মন ধর্ম পুম্নমক্কী মমানি। ভারতকী থবাইদি ধর্মনি— ৪৩-৬০

৫। হিন্দু ধর্ম শাস্ত্রগী অমুখ্য লয়ি অমস্তুং :—

শ্রুতি, স্মৃতি, ইতিহাস, পুরান, আগম, দর্শন, সুভাসিত, কাব্য, নাটক, অলঙ্কার— ৬১-৭০

৬। হিন্দু সম্প্রাদায় :— ৭০-৭৪

৭। হিন্দু সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী মণ্ডাল :— ৭৪-৭৭

৮। ধর্মগী মচং :—

ধর্মগী পোকফম ; ধর্ম চেনবরু ধর্মন ছাকই। থবাই থারবস্তু ধর্ম থাফদে। অফব ওইয়ু অফব তৌ। পরোপকার, স্বার্থ অথোইব ধর্মনি। ধর্ম অধর্মগী বারেপচৈ— ৭৮-৯১

# ফাংজৌনব ৱাহৈক ঋয়দং

শ্রীনিংথেমজাও সিংহগী "ঐখোয়গী ধর্ম্ম" কৌবা লাইরিক অসি নিঙথিজন পাজরে অমসুং হৈনজবে - হৌজিকী মতমদা নহারোলশিংনা ধর্ম্মদা লায়থোরকপগুম উবা। মতম অসিগীদি ওয়োক্রা চুনববা লাইরিকমক্রি তৌবগীদ নহারোলশিংনা ধর্ম্মবু লায়থোক্কে হায়না লায়থোকপ'দ মতিক্রে। মখোয়না ফুরুপদা, যুমদা পাজবা য়াবা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা পাউতাক পিবিবা লাইরিক অমত্তা মখোয়গী খুত্ত পীদ্রি। পর্ববদিন কয়াদা, বৃষ্ণ জগ্ম, থৌরাংনি জন্মচিংবনা অমাদি ৱারী লাইরিক পাক্নবতনা মনুং হঙ্গিনবা ভাব মখোয়গী মফমদা পীদ্রি। অদুনা মখোয়না ধর্ম্মদা কোমথোবকপনি, থোইদোকস্ব ধর্ম্ম সংস্থান হৈবা মীকোক ওইবশিংগী থৌশিলদা খোংহৈদনা লৈনবকপনা মরম ওই।

মতাং অসিদা ইবুংগোনা "ঐখোয়গী ধর্ম্ম" হায়বা লাইরিকী মমিং থোল্লদুনা ধর্ম্ম করিনো? ধর্ম্মরোমদা ঐখোয়গী লম্বী জপুন্না ইথবা হৌরগা তোঙান তোঙানবা মত কয়া পির পিরদুনা ধর্ম্মগী মশক তাকপনা ধর্ম্ম জগৎকী মশক নাকাবোম্ব লায়না খঙরা উমলগনি থাজে অদুগা তোপ তোপ লাইরিক অসিগা খোইদোকপনা অরোইবা শরুক্তা ভারতকী ধর্ম্মগা জগতপু মশক লেপ্লিবা পুরান, উপ-পুরান, আগমশিংগী শরুক মচা থায়না ইবা, কাব্য দর্শনগী চাউরাকপা মশকলচিংবগী ৱরন তাক্কসি'ন। অসিদ নত্তনা নাটক অলঙ্কারগী তোঙান তোঙানবা সম্প্রদায়শিং কাওখুল তেম্না চম্না পিবিবসিনা অমুক্তং নহারোলশিংগী মফমদা

ওন্থোক্লা পুক্লিং লৌশিং ওইগনি খল্লি। মরম অসিনা লাইব্রিক মচা অসিবু শক খণ্ডনবিবা মীওইনা পৃথিবী অসিদবু থম্না লৈবিরবদি জগত্ত অসি পুমচীক চীরবা, অরাভবা অওৎপা লৈত্রব, মপুম ফারবা মহাতীর্থ অমা ওইহনবা ভস্বগী লময়ানবা মখল অমা ওইরক্কনি হায়নিংই। অসিগুম্বা নৌনা খোঙদারকপা অইবশিংগী মরক্তা খোঙদোক্লা হেক্তম্না লম অসোমদা চর্ভশিঙ্গ-নীংলিবা লেখকপু ভগবান্না থৌজানবিসনু

শ্রীভোগেশ্বর—

রিসর্চ স্কোলর ফেলোসিপ্,

ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল !

# ঐখোয়গী ধর্মদবা অমস্তুং-

বিশ্বপ্রেম, ধর্মগী অথোইব মগুন্নি শক্তমনি, লম্বীনি অমস্তুং উপায়নি হায়নীংই। অহিংসা অমস্তুং প্রেমন মমায় অনী ওইব অথোইব ধর্মগী থবায়দি, বিশ্বপ্রেমনি— মসিন পন্থুংনি। বেদ বেদান্তনচিংবদগী অতৎ অথম নাইদন ভসি ফাওব ব্যাখ্যা তৌ-রক্লিব ধর্মগী পন্থুংস্থ, হঞ্জিন হঞ্জিন বিশ্বপ্রেম অসিনি খল্লি। হিংব অসিমক অচৌব লানফম অমগী ময়ায়দ লেপ্পনি। লানফম অদুদি প্রেম অমস্তুং অপ্রেম (দ্বেষ), হিংসা অমস্তুং অহিংসা; সদাচার অমস্তুং অত্যাচার অনিগী মরক্তনি। "ঐখোয়গী ধর্ম" ন থিরিবস্থ লানফম অসিদ সত্যন মায় পাক্তুন লানঙম ফীরান থেৎপদুনি, সম্প্রাদায়গী ওইব ধর্ম অদু নত্তে। সর্গ অমস্তুং অরান খুবমগী লম্বীদ খাইদগী নকপা অমস্তুং শমজিনব, মচি ওইব

ধর্ম অদুনি; লনাই অবতার অমগী দর্শনগী মীৎয়েংগী ওইব ধর্ম অদু নত্তে। খুদক্তা নীংশিংহল্লি "শান্তি অমসুং বিশ্বপ্রেমগী পুন্সি অদু ধর্মনি।" (লাইরিকসিগী লা: ১৭)। খঙহৌদন অমুকসু নীংশিংলকই 'নুংশিব" সাধক শ্রীনিংথেমগী অনিশুব কলমনি। মশান শান্তিগী লম্বীদ খোঙদারুবন সংসারগী অথোইব নুংঙাই-বগী লম্বীচুদ তপ্ন তপ্ন চৎলকলিব সাধক ওইবনা মপাঙ্গোংগী ঙাইহাক্কী নুংঙাইবদগী লোইনাইদব অচিকপবু থিরিব সাধক অসিগী থমোইদগী চেন্থরকপ "জ্ঞান গঙ্গা", "নুংশিব" অমসুং "ঐখোয়গী ধর্ম" ন পুম্ন থিরকলি অমসুং হায়বি—"নুংশিবন অথোইব ধর্মনি।"

নাইতোম তারব অচিকপ থমোই অসিবু চরক চহিংনরব সমাজিক জীবনসিদগী থোরকলিব চৎনবীশিংসিন মেনশিনব ঙমলক্লে। অদুবু "জ্ঞান গঙ্গা", "নুংশিব" অমসুং "ঐখোয়গী ধর্ম" ন থমোই অসিদ নুংশিবগী ঈহৌ অম হৌহল্লরি। কর্ম-ক্ষেত্রদ থৌনাগী মৈ অম চুখৎলরি। সাধক অসিবু ঈশ্বরন মঙ্গল পীনবীসনু। পিক্ল চাউরব গ্রন্থ অসিগী মতৌক ময়াইদি তরাইন লেপথোকপ ইতিক নত্তে, মরমসিন হয়ম হয়ম নৈনগদব ওই।

শ্রীপুব্রম্বম কুঞ্জো সিংহ
তাং ৭ | ৫ | ৭৫ ইং,

খুনীং কাংখৎলবদসু অনেম্বশিংন লাম্ব ফংদন য়াংখৎন-থ্রব মমলগী মতম অসিদ; লেখকী মফমদ লাইরিক মচা অসি ফোংদোক্লীংবগী অপাম্বদগী মদুদ চংগদব খরচকী থৌরাংন লুপ্ন হেন্দূন নৈরম্মী। ভৌইগুম্বসুং ঈশ্বরগী থৌজান্দগী শোগৎপ অমসুং

# ধর্মরোমদ ঐখোয়গী লম্বী

প্রকৃতিগী অওনব ঈচেল মহৌশাগী খোঙচত্ত বিকাসক ইরোইনন তাওথরক্লুন ঙসিদি ঐখোয় 'অমিবা' দগী মীওইব য়োরক্লে। অহানব অমিবাদগী পুন্সি (অহিংব) ফংলকখি পুন্সিদগী জাব জন্তুগী মপোক, তিন-কাং animal mind দগী শা ঙাগী, পুকচেল; শারমচৎ অতুদগী মীওইব বুদ্ধি বিকাস শৌহ্নন আত্ম-জ্ঞান অমদি আনন্দ ফংব ঙমব ফিভম য়োবক্লে। লাইফাওবন ফংঙমদব দুর্লভ-জন্ম অতাংব অথোইব মপোক ফংলরে।

শীংথাব ঙমদ্রব হৌগ্রব মপোকশিং অদুতদ নত্তুন ইতিহাসকী মমাং অমদি নুঙগী যুক্তগী ঙসি নোংথকী যুগ Space-age য়োদুন সভ্যতাগী মতোল লোন্নমাল্লি হাযন থন্নবব মতম অসি ফাওব মীওইবন "মপুংফাব" নত্রগ নুঙাইব ফংননব অমসুং অরা-অনা অসিদগী নাঙ্গোরব ঙমজব শক্তি মথৈ শিজিন্নদুন হোৎনরক্লি। তৌইগুম্বসুং মপালগী ওইব পদার্থগী পান্থৈ (Materialism) ন, হন্ন হন্ন মাইথীব নত্তুন মহৈ য়াল্লে কনানস্থু হায়ব ঙমদ্রি।

মমা যশোদান কৃষ্ণবু ফাজিন্নবগীদমক্ত পুনগে হোৎনবদ থৌরি অদু থুংলমদ্রে। মমান থৌরি অমগ অমুক শন্নগ পুল্লি।

মতুনস্থ থুংদে, খুদোল অনি ব্রাংলি। অস্থুম্ন থৌরি কয়া শম্ন শম্নগা পুনবদ পুল্লিব খুদিংগী হুংগদব খুদোল অনি-অনিদি অ্ম মব্রাংখি। মচাগী মফমদ মাইথীরবী যশোদান পুকচেন তিংন চংজরবতদ হান্নী থৌর মতং ঙদুন পুনব থুংখি। মতৌ অস্থুম্ন মেটিরিয়লগী পান্বেন সাইন্স অমস্তুং টেক্নোলোজিগী নিয়ম্ন থাইদোকপ পুরিব য়েম্নব তিনশিনব কয়া তৌদুন হম্ন হম্ন খোৎলবদস্থু পুন্সিগী অঙ্ক অসিদ লেমলিব অব্রা-অনা অসিদি খক মের্শিন্নব মঙমদ্রে। টি, এল বস্বানিন হায়ঃ—

Technology and Industrialism are moving fast but the nations are unhappy ................................ The hope of Humanity is in Sympathy and Compassion' ......... - .... in the Brotherhood of Man, the Brotherhood of East and West"

টেক্নোলোজী অমস্তুং ইণ্দস্ট্রিয়েলিজম ফজন চাওখৎলক্লি তৌইগুম্বস্তুং দেশশিংগী অব্রাবদি খক কোকলক্তে ....... মীওইবগী আশাদি থোজাল অমস্তুং মীনুংশিদ লৈরে। .......... মীওইব জাতিগী মচিন মনাও ওইব, নোংপোক নোংচুপকী ভাত্রিত্বদ লৈরে।

অব্রা অনাদগী নাম্বোকতুন 'নুঙাইব' (আনন্দ) নম্রগ মপূং ফাব ফংননব হায়ব সমস্যা অসি ইন্দ্রি অমস্তুং ভৌতিকী জগত্ত সমাধান তৌননব মীওইবগী হৈজ-শিংজব অমদি লৈজব শক্তি পুন্নমক শিজিন্নদুন অকনব তেমথেং অমদি চৈথেং পীদুন তকশিন্ন হোৎনরবদস্থু খোংবাম্ন কল্ল-কল্লগ শাংবগুম, মরুভুমিগী-

দৃশান চংশিল চংশিল্লগ লাপথোকখিবগুম Problem begets problems সমস্যাদগী সমস্যা বয়া মথং মথং পুরিবগুম্ব পোকথোরকতুন সমাধান তৌবগী মহুত্ত সমস্যা চাইথোকপগী থবক ওইরি হায়বসি খুজক্তেং খল্লদুন য়েংবদ চিংননাইবাই এতোম অমফাওব লৈত্রব রাকমনি।

পৃথিবীদ হেক লৈরিব প্রোব্লেম পুন্নমক্কী অমন্ত ভাইব্রব হৌরকখম প্রোব্লেমদি লুভাইব রাংপ মসিমখক্তনি। অদুবু মীওইবন বুদ্ধিগ লোয়ননা মালেমদ খোংদাবকপ লুমিং অদু পৃথিবীগী মপুন্সি তংখায় হেল্লকব ভুসি ফাওব ঐখোয়গী রাংলিব অদু মেন্সিন্দুন অপাম্ব অদু ফংননব হোংনবদ হন্ন হন্ন মাইথিবে অমস্তং মহৈ য়াম্ভে হায়ব অসিদি ঐখোয়গী মরক্তগী কনান য়াদব ভমগদৌরি? পুন্সিগী নামং মাংগনি অবোইংদ খুং হামদুন হর্নখান হায়বাসিবু হাম্ন খংথ্রব মীশিং লম্বীসিদ চৎখিদে।

পাম্নিব পোৎতু ভানবদ নামৎকীস্থ মথক্ত শেন্দোং ফংব পাম্নবদি ঐখোয়ন ভোতিক্কী পুন্সি Life in matter অসি অধ্যাত্মক্কী পুন্সি Life in Spirit ত চংদুন দিব্য জীবন ওইব তাই। বহির্মুখ ওইদুন মপানগী জগত, ভোগবিলাসত চাক্তাবন্নিব ঐখোয়গী পুক্নিং অমস্তং ইন্দ্রিয়শিং অসি সংযম তৌদুন অন্তরমুখ বৃত্তি ওইহন্দুন মনুংগী অনৌব জগত্ত লুপশিনহনব তাই। ধর্ম হায়বসি অধ্যাত্মিক্কী অওনব মনুংগী অহোঙব অদুবুনি

Religion is Spiritual Change an inward transformation ঐখোযগী থবক পাংথোকপ ওমত্রব মতিক চাদ্রব মপানগী অশিব পুনসি অসি মাংহল্লগ অনৌব মনুংগী ওইব অধ্যাত্মিকী অকিংব মপোক অম অমুক হন্ন পোকহোব তডাই ফদব পোংচংনি। "To live on must die to his old life. We must be born again, born of the spirit of truth." কিংব হায়রবসি মাগী অরিব পুন্সি শিহনগদবনি ঐখোযন অধ্যাত্মিকী অতুম্ব মপোক অদুদ অমুক হন্ন পোকদবনি। হুবিহক্তম ধর্মন হায় He who is born from the womb sees only this world, only he who is born out of himself sees the other world. নাওযোমদগী পোকপ মহাক অদুন হুপ্নগী মপাল তাইবং অসিদ উই। মশাদগী মশাবু পোকচব মখোয় অদুতন অতোপ্প জগতপু উই। স্বামী শিবানন্দনশু ব্রাফম অসি কন্ন পল্লি "He that loveth his life shall lost it but he that loseth his life shall find it unto life enternal. মপুন্সিবু নুংশিজরিব মহাক অদুন মদু মাংহনগদবনি তৌইগুম্বসুং মপুন্সিবু মাংহল্লিব মহাক অদুন মাংদব পুন্সি সনাতন জীবন ফংগনি।

পুন্সিগী লমজেন্দ লমথুং উরোং পাইপ্রব আনন্দ সাগরদ তিনখ্রব মহাত্মা, যোগী, ঋষি জ্ঞানী সন্ত অমদি মহাপুরুষশিংগী পুন্সি খোঙ্গুল লিদুন য়েংলুবদস্থু, ঐখোয়ন মপানগী ওইব মপুং

ফাত্রব অমদি পেল্লব ভৌতিকী জগত (Physical World) হিংব অসি পুমথা থাদোক্নুন অধ্যাত্মিকী অওনব অমসুং অনৌব অমুতগী মপোক অম Evolution দরকার ওইরি অমদি ঐখোয়গী ধর্মদ লাংওনগদব লৈরি হায়ন তাকই। অমোংপ অমম্ব ফিভম অসি থাদোক্নুন মঙান জ্ঞান অমসুং আনন্দগী অনৌব অনিশুব মপোক দ্বিতিয়জন্ম অম তংাই ফদন পোক্নদব লৈরি। অল ব্রাল্ডি ডিবাইন লাইফ সোসাইটিগী অধক্ষ শ্রীমদ স্বামী চিদানন্দন অস্মন্না হায়খি 'নহাক্ন উব পায়বদ মিং তাংউ, নহাক্ন ভাব পায়বদি না পংউ।"

The World is home of the fallen man. সংসার অসি লৈখা তারক্লব মীগী লৈফমনি লাকশিন্দ্রিব পুক্রিং সগোল তোংদুনা ইন্দ্রিশিংগী চাক্তাফম বিষয়গী বাজার অসিদদি ঐখোয়ন পামলিব অদু থক ফংলোই। শিবানন্দগী ৱাহৈদ A sensuous man is no better then a beast বিষয় পাম্ব মীন ফব শাদগী থক হেন্দে। বাইবলদসু ফংগনি ' Niether was there any beast with me save the beast that I rode upon" (Nehemiah 11-12) ঐন (ইন্দ্রি) তোংলিব শা অসি নত্তব অতোপ্প শা অম লৈতে।

মীওইবগী স্বর্গ—নরক চাওখৎপ অমসুং লৈখা ভাব হায়বসি মপানগী জগত অসিদ নত্তে Heaven and hell are not physical areas. বাইবলন পীরি Heaven and hell are in your heart. The kingdom of God

is within you.. স্বর্গ অমসুং নরক নংগী থম্মোইমুঙদ লৈ। ঈশ্বরগী বৈকুণ্ঠ নংগী থম্মোইদ লৈবনি।

বেদান্তন মীওইববু লাইনি হায়ন লৌই। অহমব্রহ্মাস্মি, অয়মাত্মা ব্রহ্ম, অমৃতস্য পুত্রঃ ঐখোয় শিদবগী মচানি। যীশুনসু হায় I and my father are one. ঐ অমসুং ঈশ্বর অমত্তনি। ভোইগুন্দসুং ঐখোয়ন লাইগী স্বভাব, মাংব নাইদব অধ্যাত্মিক অমদি ধর্মগী ওইব মমুংগী অৱাংব জগত্তপু কাওথোকতুন অমদি থাদোকতুন লেপ্তব ইন্দ্রিগী অনেস্ব ভাইবং মপানগী ম্বাতারবন অশিব পদার্থগী পুন্সিদ হিংননব হোৎনরুই অমসুং বিষয়গী মথা পোল্লুই। মরম অদুন ঐখোয়ন অৱাব লৈখাভাব ফংহ। মসিদগী ঐখোয় লাম্থোক্রব হোৎনব ভাই। রুসোন হায়রম্মী "Man is born free and everywhere he is in irons" মীওইব পোকপদ মনিং ভমর্লকই মাইকৈ খুদিংদ মশানা কৈশুম শেমজে। বাইবলন উৎলি "He lost his divine glory by tasting the fruit of the forbidden tree." মীওইবন মশাগী দিব্য শক্তিবু, লৈখা ভাহনব পাপ্বী (বিষয়গী সংসার) গী চাহৈদব হৈরাং মহাও তংলুবদগী মাংহনজখি।

মরম অসিন মীওইবন মশাগী মহৌশা অশেংব শক্তিম দিব্য স্বরূপ, মপুংফাব মুঙাইব, শিদব অদু অমুক হন্ন ফংননবগীদমক্ত ইন্দ্রি মঙাগী শাম্নকম বিলাসস্থান, শান্তিগী মশক ওইরবী পুক্নিং সিতাবু দস বৃত্তিগী মশাক ওইরব রাজ্য

ছনফম মীওইববু লৈখা তাহনব, অরাব পীনফম, Material world ভৌতিকী সংসার পঞ্চবতী বন অসি থাদোকপ তাই। ইন্দ্রি অমসুং পদার্থগী মথা পোনব পুন্সি অসি ত্যাগ তৌব তাই। মসি নত্তব ঐখোয়গী অথোইব লৈরি Man is more then the sum of his appearance. ডাঃ রাধাকৃষ্ণন হায় Man's true life is not one of material security মীওইবগী অশেংব পুন্সিদি পদার্থবু ঙাক শেন্নবদ নত্তে। বাইবলন পীরি Man shall not live by bread alone. মীওইব চিঞ্জাক্তন হিংব থক য়ারোই। ঐখোয়ন অধ্যাত্মিকী আইদাস্তু চাদ্রুন হিংগদবনি। শ্রীমহর্ষি অরবিন্দন হায়রম্মী Materially you are nothing, spiritually you are everything. ভৌতিকী ওইনদি নহাক করিস্তু লৈতব অমনি অধ্যাত্মিকী ওইনদি পুন্নমক ওইব ঙম্মনি।

পাপ অমসুং অরা-অনাদ ইরাক্ররিব অসিদগী হেনব অথোইব পুনসি অম লৈরি; ভগবান বুদ্ধন হায়খি। 'There is a noble life then that of sinning and suffering অদুগুম্ব অথোইব পুনসি অদুগী লানজংদি অধ্যাত্মিক অমসুং ধর্মরোমদ বিকাস evolution নি। আত্মাগী খোল্লাও, মসিগী লাল্লাও মন্ত্রন উপনিষদন পীরিঃ—

অসতো মা সদগময়, তমসো মা জ্যোতিগময়
মৃত্যোর্মা অমৃতম গময়

অরানবদগী ঐখোয়বু অচুম্বদ পুবিয়ু। অমম্বদগী ঐখোয়বু অঙাংবদ চিংবীয়ু
অশিবদগী ঐখোবু শিদবদ পুবিয়ু।

# লান্থেংনগদবা লৈরি

সংসার অসি অচৌবা লানথুং অমনি। সাধনা ভূমি তপস্যা ভূমিনি; মপুং ফাবা তানবদা শোক্লগদবা য়েক্লবা কয়া লৈরি। মীওইবগী মতিক মঙালদি লৈথা থক তাদবদা নত্তে তৌইগুম্বস্থুং তারকপা খুদিংগী অমুক কাখৎপদা ওই। Man's glory is not in never falling but in rising every time he falls. (Radhakrishnan) স্বামী বিবেকানন্দনা মস্থুং অমস্থুং মপানগী মহৌশা বৃত্তিবু মথক লাম্না কাখৎনবা হোৎনরিবা মখে মী অদু মীনি হায়খি। Man is man so long as he is struggling to rise above nature and this nature is both internal and external.

থেংনগদৌরিবা লান অসি ঐখোয়দা য়াওরিবা শাগী শরুক ঐখোয়বু লৈথারোমদা চিংথরিবা অপাম্বা কল্লকপা মিহৌবা নাপলা অপংবনচিংবা মনুংগী য়েক্লবা অসিগ থেংনগদবনি। The present Crisis of faith দা প্রোফেসর রাধাকৃষ্ণন্না হায়রি—The enemy we have to fight is not capitalism or communism. It is our folly· our spiritual blindness, our love of power, our lust for domination (page 13) ঐখোয়না শোক্লগদৌরিবা য়েক্লবা অদু কেপিটেলিজম নত্রগা কম্যুনিজম নত্তে। ঐখোয়গী অপংবা অধ্যাত্মিকপু উদবা, শক্তি পাম্বা অমস্থুং অতোপ্পবু শাসন তৌনিংবগী মীহৌবা অদুনি। গীতানা হায় "উদ্ধরেদাত্মনাত্মানম" নশান নশাবু উদ্ধার তৌজগদবনি।

The discipline which he'ps us to change ourselves is religion ঐখোয়বু বিকাসকী মাইকৈদ ওনবদ ভেংবাংলিব সংযম অদু ধর্মনি। ভগবান গৌতমন তাকই "The way from passion to peace is by self conquest" অরা অনা শৃঙ্খলাদগী শান্তি য়োনবব লম্বী অদু মশান মশাগী জয় তৌব আত্মা সংযমনি।

"মনএব মনুষ্যানাম কারনং বনন্ধমোক্ষয়োঃ পুক্কিংতন. মীওইবগী অরা অনা অমসুং মুক্তি ফংনবব মরমনি। "মনজীতা, জগ জীতা" পুক্কিং জয় তৌরবদি জগত জয় তোরে। "মনোজ-এব মহাজয়" পুক্কিং জয় তৌবন থ্বাইদগী চাওব জয়নি।

"দুর্যোধন! ধর্ম চেনব অফব মী অমত্তং তাকউ" গুরুনা হায়বদ দুর্যোধনন খুমখি—'গুরুদেব! সংসার অসিদ ঐন ধর্ম চেনব অফব মী অমত্তসু থিব ফংদে।" যুধিষ্ঠিরদ হায়খি—"হে সিংথৌ! ফত্তব মী অমত্তং থিতুন ঐঙোন্দা পীয়ু।" যুধিষ্ঠিরন হায়খি হে! পুজ্যনীয় গুরু! ঐন সংসার অসিদ ফত্তব মী অমত্তসু থিব ফংদে। মরম অসিন One sees one's own mind reflected in the world. সংসারদ মীশিংন উবিব অসি মশা মশা অদুগী পুক্কিংগী মমিনি। অশেংব পুক্কিংন অফব উই অমোংপ পুক্কিংন ফত্তব উই।

লানফম অসিদ মাই পাক্লব য়েকনব ভমলব মুখোয় অক্লতন পুক্কিং মইহে য়ানব অরা অনাগী শারংদগী নাম্ভোকপ মনীংতম্ব অরান খুত্তম কংনখি। ভগবান যীশু অধ্যাত্মিক অমত্তং ধর্মগী ল.নজংদ থৌনা করব সেনাপতি লানজিংবনি। ক্রোসকী অর্থদি

হকচাংগী অন্নাব শরীরিক দুখঃ থাংব, মপাল তাইবংগী ওইনদি মাইখিরব তে ইগুম্বসুং অধ্যাত্মিকী ওইনদি লানগুম্ব হায়বনি। মীওইব মপানগী Material ভৌতিক্কী জগত্তদা মপুংফাব শুঙাইব অদু থক ফংলরোই অরেম্ব'নি তে ইগুম্বসুং ধর্মগী লম্বীদ মপুংগী জগত্ত ফংলে হায়বসি তাকই।

জীনাগী অর্থসু লানগুম্ব হায়বনি। তৌইগুম্বসুং মান পৃথিবী অসিদ করিগুম্ব লানফম অমত্তসু লাপ্লেংনরমদে। 'মহাকপু মহাবীর" অকনবসু কৌই তৌইগুম্বসুং মান কনাগুম্ব অমত্তগ মর্লয়ুক্ক তৌত্তুন ঙমখিব লৈতে। মান ঙমখিবদি মীওইবন ঙম্মদ্রিব তমথিরব শাগী গুন অদুবু লাপ্লেংনত্তুন নমথম্নগ মশান মশাবু জয় তৌত্তুন মান মাগী মপু ওইখি। শাক্য মুনিবু বুদ্ধ কৌই মরমদি মান মাংব নাইদ্রব শিদব পদ অদু ফংব ঙমখি। ধর্ম ক্ষেত্রে জগত অসিদ বিজয় পতাকা ফংত্তুন "থঙ্গদব অদু থংখরে' মম্ব নাইদ্রব মঙাল অদু য়োথরে; অওগীদমক্ত বুদ্ধ কৌই। বুদ্ধবু গুহ্যপতীসু কৌই। মরমদি মান অবুল্প পুন্সি অদু থংখরে। মসি পাংদব মীশিংন তোব ঙম্ব নত্তে। "ন্যায়মত্মা বলহানেন লভ্য" অশিংবশিংন মসিবু ক্ষুরগী ময়াদ নেত্তুন চৎপদগী হেন্ন লুই হায়ন শিংথানৈ।

# লম্বী অশোনদ শান্তি

ওসিগী সভ্যতা পৃথিবীগী থুদোংথিবগী লৈরি য়োশিন্নরে, মীন মীগী য়েক্কব, মীন মীবু ওৎপ দেস পুম্নমক্ত লানগী থোয়াংল পোলিসি ওইরে। বিজ্ঞান্ন পুথোকপা খুৎলাই পুম্নমক

পোলিটিস্যানশিংন মীওইবগী মাংনব লম্বীদ লাম শিজিন্নরে করিগুম্ব হৌজিক পৃথিবীগী লাঞ্জাও হেক থোকপদ স্যুক্রিয়ার ব্লার ওইগনি। স্যুক্রিয়ার ব্লার হায়বদি করিগুম্ব জাতি নত্রগ লৈবাক অমত্তন, নত্রগ জাতি কা বু অমত্তনস্তু জয় ওইত্রব, শিব পুংমম মম্ব মাংত্তাকপ, সভাত্তাগ লোইনরব পৃথিবীগী উৎপুং ওইব হায়বগী অর্থনি।

সংসারগী অমম্ব অহিং, অস্বকপ বন অসিদ লম্বী লম্মাংনত্তন লশ্কেদ হায়ত্তন অমগ অমগ থেঙ্গায়নত্তুন লৈরে। ঐখোয়ন মালেম অসি অনৌব বসন্ত অম পুরকপ পামলবদি বুদ্ধ যীশু মহাত্মাশিংন চৎখিব লম্বী ধর্ম অমস্তুং অধ্যাত্মকী পুন্সি মডাল অমস্তুং অমরগী মাইকৈ পাপ্তগী পুন্যদ চৎকদব লৈরে।

ঐখোয়গী মতম লৈরি। মখোয়স্তু অহানবদ ঐখোয়গী অমম্ব সংসার অসিদ লমডাওনরম্বদগী লাম্হোকখিবনি। মখোয়ন ফংখিব পম্বুং অত্তু ঐখোয়স্তু শোইদন ফংগদব লৈরি। স্বামী শিবানন্দগী ব্লাহৈ অসি নিংশিংব য়াই—"Every saint has a past, every sinner-has future. The sinner of to day is the saint of to morrow"

ঋষি পুম্নমক্কী হৌখিব লৈখ্রে। পাপী পুম্নমক্কী লাক্কদব লৈরি। ঙসিগী পাপীশিং হয়েংগী ঋষিনি। শ্রীকৃষ্ণন হায়-

অপি চেত্সুদুরাচারো ভজতে মামনন্যভাক।
সাধুরেব সমন্তব্যঃ সম্যগ্ব্যবসিতো হিসঃ

থ্বাইদগী পাপ চেল্লব অদু ফাওবন অনি লোঃত্রব ভক্তিদ ঐবু নিংজরব মাবু ধর্ম চেনবমক্ক মান্নন লৌরগনি মরমদি মান অচুম্বদ চংশিল্লক্লে।

# মরুপ শেম্ব

Civilization is built up by the pen. Pen is mightier then the sword. take the pen; throw the sword away.

সভ্যতা (অশেংব) দি কলম্ন শাগৎপনি। কলম্ন থাংদগী হেন্না থৌই। কলম পায়বৎলু থাং থাদোকখো। ঐখোয়ন নিংশিং-গদবদি লানবু লান তৌদুন লোইশিনব য়ারোই। চুমদব পাম্বেন অচুম্ব থক পুরকপ য়ারোই 'War cannot end wars. Untruth cannot promot truth. মহারাজ আশোক ঐখোয়গী ধ্রুব তারা ওইরিব আদর্শনি। খুৎলাই পায়দুন মীন মীবু হাত্তুন লৈবাক জয় তৌবদগী শান্তি অমসুং বিশ্ব প্রেমগী ধর্মন মসুং মপাল ফাওন জয় তৌব অসিন মীওইবগ নক্লব অমসুং পকচব হেন্দত্র? খনবিয়ু। The glory is not in war but in reconcilation প্রেম্ব মরম ওইদুন মরুপ শান্নব নত্তন লাম্ন মাই পাকপ পীরোই। য়েংথিববু য়েংথিবন কোকহনব থক ঙমলোই। মুংশিবতন য়েংথিব কোকনি Never does hatred cease by hating; hatred cease by love. জুদাইজম ধর্মদ হায় That man is a

hero who can make a friend of a foe. য়েক্নবু মরূপ শেম্ব ওমলিব মুপা অদু অথোবনি। কত্তবু হেক্ত লাক-শিনগনু কত্তবু অফব পাম্বেন খুদুম চনগদবনি। ভারতকী প্রসিডেণ্ট ওইরম্ব প্রোফেসর ডাঃ রাধাকৃষ্ণ চন্নব অমসুং রাংলব য়েক্নব জয় তৌনব ফোর্মুলা অসুম্ব পী—"If we want to convert our opponent, we must not always speak of his lower side, his defects and short comings We must present to him his own higher and nobler side (Reigion and culture, page 82) ঐখোয়গী মায়োকনরিব য়েকনবু (মরূপ) ওনহনসি হায়রবদি ঐখোয়ন মাগী কত্তব শিদ্র, অশোনব হন্তবশিং অদু কৈদৌঙৈদম্ব খক পুথোক্লন ভাংলোইদবনি। মঙোন্দ য়াওরিব অথোইব মগুন অদুত পুথোক্লন মঙোন্দ ঐখোয়ন উৎকদবনি

কত্তবগীদমক্ত কত্তব তৌব, য়াম্ন লায়ব থবকনি, অফব তৌরকপগী মকমদ অফব অমুক তৌব মসিম্ব থোইন লুদে তৌইগুম্বসুং কত্তব তৌরকপশিংগী মফমদ অফবন লমনশিংব অসিদি অরাইব নত্তে। "ঐবু মাংনব তৌরিবশিংগী মফমদ সুংশিন সেবা তৌব, ঐবু চৈগে মথা কাখৎলক্লিবশিংগী মফমদ লড়ু ইনব হায়বসি য়াম্ন লুব অমসুং অথোইব ধর্মগী শাজেন চংই। কত্তবত তৌনরব মতুগী লমনম্ব কত্তবতন শিংনরব ভসিগী সংসার অসিদ মথকী আদর্শ অসিদ হিংবদি য়েদিয়মনগী হেন্ন তাংগনি। মরম অসিন অমোৎপ, কোলহিংন য়োম্নব মীওইব সমাজ ফেংদোকপদ

ঐখোয়গী তৌঙনগদবা অমস্তুং চংগদবা লাম্নং য়াম্ন লৈরি। কনফ্যুস্যানিজম ধর্মন অচুম্ব অসি ফোংদোক্লি—"To walk is the path of virtue for twenty years is not enough. To do evil for a single day is too much." ধর্মগী লম্বীদ চৎপদদি চহি কুন্নস্থ মতিক চাদ্রি অদুগ ফত্তবা তৌবদি নোংমতং তৌবনস্থ হেনমল্লে। ধর্ম অসিন নুঙাইনবা লম্বী অস্তম্ন উৎলি "The three secrets of happiness are: to see no evil, to hear no evil. and to do no evil." নুঙাইনবগী রহস্য অহুম অদুদি ফত্তবা থক য়েংদবা ফত্তবা থক তাদবা, অমস্তুং ফত্তবা থক তৌদবা অসিনি। ফত্তবা তৌদবা করিনো? মসিগী পাওখুমদ পৃথিবীদ লৈরিবা ধর্ম পুম্নমক্কী চপ মান্নবা পাওখুমদি "ঐঙোন্দ তৌরকপ পামদবা অদু ঐন অতোপ্পদ থক তৌদবা, হায়গসিনি। হিন্দু শাস্ত্রন হায় "আত্মনঃ প্রতিকুলানি পরেষাং ন সমাচরেত।" ঐঙোন্দ নুঙাইতবা অদু মীঙোন্দ থক তৌরোইদবনি Hillel ন হায় What is hatlul un to thee do not do unto thy fellow. কনফ্যুস্যানিজম্ন হায় Do not do to others what you do not wish that others should do to you" হিব্রু ধর্মন হায়—Do not do to your fellow men, what is painful to yourself. তাওইজম ন হায়—Consider that your neighbour's gain is your own gain and that your neighbour's loss is your own loss. "নংগী মরুপকী অমাংবদু নংগীস্থ অমাংবনি থক্লু অদুগা

নংগী মরুপকী কান্নবদুন নংগীস্তু কান্নবনি খল্লু অসিনচিংব। "চয়ুব খোৎরমূলা অসি ধর্ম পুম্বগী মচিনি। মসিগুন পৃথিবী পুম্বব মরুপ ওইগনি। মসি নত্তব অতোপ্পা লম্বী নত্রগ পাম্বৈ অমত্তু লৈতে।

# দিব্য জীবন পাম্মী

ওঁসি তাইবং কৈথেলদ,
পুন্সি লুকমাই ফম্বদ
ফত্তব য়োনব কাম্নরোই,
ফত্তব য়াম্ম হোংলে।
অফব য়োনব মাংলরোই
অফব য়াম্ম তাংলে।

ফত্তব থবক্ত অরাবগী মরম ওইবন মুঙাইব পাম্নবদি অফব থবক্ত চংব তাই। অরানব চৎপদগী অরা-মুংনাং কয়া ফংই হায়বসি চুম্লবদি মদু থাদোক্তুনা অচুম্ব চৎপদ চংশিল্লগ কোকফম থোকই। তমথিব কয়া তৌবদগী দণ্ডি অমসুং অনুতাপ কয়া ফংলবদি, তমথিব থাদোক্লগ অহিংসা চৎপন, কোক্লব হিদাক ওইগনি।

বসন্তুদ অনৌব য়েন্নিং লাক্লবগী দমত্ত হান্নগী অমনবশিং নাকেম্বাদ পীথোকলমব তাই। অমৃত পাম্নবদি অমনব মতিক চাত্রব লেগুব পুন্সি অসি- থাদোক্তুনা ধর্মদ চংদুন 'নব দিব্য জীবন' গী

অনৌব য়েম্লিং হুনব তাই। অদুতদ ঐখোয়না "দিব্য জীবন Divine life" লাইগী পুন্সি ওইব উমগনি। "ডিবাইন লাইফ সোসাইটি" বু লিংখৎপীরম্ব স্বামী শিবানন্দ সরস্বতিন Divine life কী অর্থ অস্সুম পী "To shed the animal in man and to sublimate the human in him into the Divine and to express divinity in daily life"

মীওইবদ লৈরিব শাগী শরুক অদু নমথব অমসুং মচোন্দ য়াওরিব মীগী শরুক অদু চাওখৎকন্দুনা লাই ওইহনব অমসুং লাইগী গুনশিং অদু নিত্তিগী পুন্সিদ ফোংদোক্কনা শিজিন্নব। লাইগী ওইব অশেংব পুন্সা অসি ফংননবগী অমত্ত ভাইরব লম্বী অদু ধর্মনি। "Religion is the art and theory of the internal life of man". "Religion is a way of achieving union with that ultimate reality called God" (The present crisist of faith, page 20,19) ধর্ম মীওইবগী মনুংগী পুন্সিদ হিংননবগী কলা অমসুং সিদ্ধান্তনি। ধর্মদি মপুং ফাব অরোইব ঈশ্বর হায়না খংনব সত, অদুগ অমত্ত ওইনা পুন্সিন্নবব লম্বী নত্রগ পাম্বৈনি। মীওইবগী শারমচৎ থাদোক্কনা ঐখোয়না নোংহোন পোকদোরিব অমসুং হিংগদোরিব শান্তি অমসুং বিশ্বপ্রেমগী পুন্সি অদু ধর্মনি। চৎকদব লৈরিব লম্বী অদু ধর্ম অমসুং অধ্যাত্মিকী পুন্সি দিব্য জীবননি।

---

# ধর্মন জগত পুবনি।

ধর্মদি লঙ্ফাংনরব তাইবংদ অমত ঙাইরব চৎকদব পুন্সিগী সিদ্ধান্তনি অমস্তুং লাকফম লমঙাওনরব হঙ্জিনফম খংদ্রব মীওই-ববু মাগী হৌরকফম ময়ুম ঈশ্বরদ থিনবীননব নিয়মনি। মপুং-ফাব পুন্সিবু শাবদ ময়েক থোকহল্লিব কায়ব য়াদ্রব পম্বা পরমনি। পৃথিবীদ নৈরিব নৈথা তারব মীওইব পুম্নমক্কী অমুক কাখৎননব সর্গ অমস্তুং মর্তগী মরক্ত থাম্বিব কৈরাক্নি। পাপ অমস্তুং অৱা-অনান ইচেল ওইব লানঙমদ্রব সংসার সাগর অসিগী মথক্ত মী অমস্তুং ঈশ্বরগী মরক্ত থাব থোংনি। একতা অমস্তুং শান্তিগী উরুমদ চিরুন ঙাঙ্হৌংরিব আত্মস্বরাজ্যগী সিংহাসননি। কলঙ্ক য়েংথিন থল্লব অমম্ব সংসারগী বন্দ চৎপদ থুক্ত পাইব মৈরা অমস্তুং খুৎলাইনি। অৱা অনাগী সমুদ্রদ ইরাক্লিব মীওই-ববু লানবীব ঙম্ব অমস্তুং মীবু লাইগী মপোক্ত অমুক পোকপীব ঙম্ব অশেংব ইমা ইপাদি ধর্মতনি। ধর্মদি লাংফম খুদিংদ থাদোক্লব মৈত্রব লেংদ্রব মরুপনি। ধর্মদি অমম্ববু মাংহনবীব অশেংব গুরুনি। ধর্ম জগৎকী নিয়মনি। ধর্মগী নিয়মদ জগতকী পুন্সি লিংবনি। অনিত্য সংসারদ শিদ মত্তি লিংলিব ধর্মদি লেংদ্রব উপালনি। ধর্মন সভ্যতাগী পত্থংনি। "ধর্মো বিশ্বস্য জগত প্রতিষ্ঠা" ধর্মন জগত পুব-নি। ধর্মন জগত ঙাকপনি। ধর্মাদর্থশ্চ কামশ্চস কিমর্থং ন সেবতে।"

ধর্মজদগী অর্থ অমত্তুং কাম ফংব উত্থনি। আইন্ন য়োব অমত্তুং ঙাকপীব ঙমহৌব অদুবু কনবীব উত্থদি ধর্মতনি। থৌজাল অমত্তুং মীনুংশিল আইনদগী হেন্ন ওত্মী। Loving kindness is greater than laws.

# ধর্মগী লংলাশিং

Religion is self-realisation. Religion is the way to God 'ঐ' বু খংব আত্মাসাক্ষাৎকার ন অশেংব ধর্মনি। ধর্মদি ঈশ্বর ফংননব লম্বীনি। ধর্ম চৎপবু অশেংবা লম্বী চৎপ কৌই। ধর্মদি শান্তিগী লম্বীনি। মুংশিবনি। অহিংসানি। সত্যানি। থৌজালনি। দান তৌব, ঙাকপীহৈব, চাওথোক্তব, থাংব কনব, মান্নব মিৎয়েং, পুক্লিং হকচাং থম্মোই শেংব, পুকচেল চাওব, থৌনা লৈব, জ্ঞান, ধ্যান, ভজন, কীর্তন, সেবা, আত্মা সমর্পননচিংবগী লম্বীদ চৎপবু ধর্ম চৎপ কৌনৈ। অপংব, অকিবনচিংব মায়োকনব শাগী গুনশিংতন শেম্ব শুমহৎপ অমত্ত অশান্তি অবা অনাগী শায়োকশং সংসারগী শারং মনুংদগী নিংতম্ব নাহেক্তেন মুক্তি ফংননবগী অমত্ত ঙাইরব শক্তি অদু ধর্মগী লম্বী চৎপনি। অপংব কোকনব, পংথবদগী য়াকাইখিনব বাহুবলগী হিংসাৎননব অন্তকরনগী চিঙ্গাকনি অমত্তুং হিদাকনি। নিচং শাবদ ফজব Morality হায়বনি ধর্ম চৎনব য়াম্নব গুনগী

শরুক অমদি ওই তৌইগুম্বসুং মসিন ধর্মগী মতুং শিনবদি থক উমদে। পুকচেল শেংব হায়বসি ধর্মগী অঙ্গ অম ওইরবসু মসিন ধর্মগী মফম লৌবদি উমদে, পুকচেল শেংন হুরানব নিশা চাব অমসুং ফত্তব থবক কয়া তৌব লৈ। অচুম্ব ভাংব ভাব্ক-নসু ধর্ম চৎপ ওইব য়াবোই। মরমদি করিগুম্ব অচুম্ব অদু ভাংলুরগ মীগী মাংনব মুঙাইশব অমসুং থৎন-চৈন কয়া পোকহনব লৈরি। জগত্তু য়াইফগদব মীগী মঙ্গল ওইগদব লৈরবদি ঐখোযন ওইদব ভাংব তাব মতাংশ লৈরি। জাতিগী চৎনবী মনাৎ, কৃষ্টি, কস্তম, মতুনসু ধর্ম থক ওইব য়ারোই। অমাং অশেং য়াম্ন শাইব, চন্দন য়াম্ন থিনব লাইশোন-তিনশোন মন্ত্র-যন্ত্র য়াম্ন শোনব শাস্ত্র য়াম্ন পাব তর্ক বিতর্ক হৈশিংব লাইশং তৌইন চত্তুন কংশি যাম্ন থিংবনসু ধর্ম চেনব মী অম ওইরে হায়বগী খুদম নত্তে। শেল থুম য়াম্ন চংন উসব মেলা তৌব, ধুম-ধাম তৌদুন শ্রাদ্ধ কর্ম লুহোংবনচিংব ইরাৎ চবানগী নিয়ম কর্ম কাণ্ড ( rituals ) অসি ধর্মগী মকওইব পোৎচং অদু নত্তে। অদুম ওইনমক মাগী মাগী চৎনবী কৃষ্টি কস্তম অমসুং থাজনরিব মনাৎশিংদ ধর্মন খুৎ থিংজিন্দে। ধর্মদি অসিগুম্ব অঙকপ শক্তি অমনি মসিন শাবু মীদ অমসুং মীবু লাই ওলহনব ওম্ব। মীওইবন ফংগদিব অশেংব অমসুং অরেপ্প শিক্ষাদি ধর্মগী শিক্ষাতনি। বিবেকানন্দগী ৱাহৈদ Education is the manifestation of the perfection already in man. মীওইবগী থমুংদ থুপচিন্দুং লৈরিব মপুং ফারব শক্তি পুথমক বিকাস তৌহনব য়াকাইহনব হায়ব শিক্ষাগী অর্থ অসি ধর্মতন মপুং ফাহনব ওম্বী।

# অহানবদ ধর্ম

মীওইবগী পুরুষার্থ মরিমক লৈবগী মখুংদ ধর্মগী মিংন থাইদগী হায়রি লাকই। মতুদি ধর্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ। মরমদি ধর্ম লৈরবদি অর্থ কাম অমসুং মোক্ষ মথং মথং মথন্ত লাকচৈ। ধর্মবু হায়রি ফংলমদন অতৈ অহুম অমি থক ফংব ঙমদে। মরম অসিন যীশুন হায়—
"Seek ye first the Kingdom of God and his righteousness, and all these things shall be added unto you". অহানবদ নংন ঈশ্বরগী লৈবাক সর্গ অমসুং মাগী ধর্ম হায়রি থিবো. অতুগা অতৈ পুম্নমক লাকচগনি।

# ধৰ্ম য়াওদ্রবদি মীওইবস্তু শানি

অাহার নিদ্রা ভয় মৈথুনাদি সমান্যমেতৎ পশুভিনরানাম।
ধৰ্মো হি তেষামধিকো বিশেষো ধৰ্মেন হীন পশুভিঃ সমানা॥

( চাব, তুম্ব, কিব, স্ত্রীসম্ভোগ; মী অমসুং শা-ঙা চপ মান্নৈ। ধৰ্মতন মীওইববু শা-ঙাদগী থোইদোকহল্লি। ধৰ্মবু য়াওদ্রবদি মীওইবস্তু শাগ চপ মান্নৈ, খেন্নদে। )

মৈদগী মৈশা উন্দগী অয়িংব খাইদোকপ থক য়াদে, মৈদগী মৈশা উন্দগী অয়িংব হেক খাইদোকপদ উন অমসুং মৈ ওইদ্রে, মতৌ অদুগুম মীওইব পুন্সিদগী ধৰ্ম হেক খাইদোকপদ লৈনম য়াওদব লৈরাং অমদি ঈশিং য়াওদ্রব তুরেনগুম পুন্সিগী অর্থ শুদ্রেমক লৈত্রে। শর (Vowel) ময়েক য়াওদন থোম্বোক অমতস্তু থোকপ য়াদবগুম গান্ধিজীন হায় 'No man can live without religion. ধৰ্ম য়াওদন মী কনাস্তু হিংব ঙমদে।" হিংব হায়ব অসিদ শর হোনব চংবগুম "Religion should pervade everyone of our actions. ঐখোয়গী পুন্সিগী থবক থৌরম খুদিংমক্ত ধৰ্ম চংগদবনি। "ধৰ্ম রহিত জীবন সিদ্ধান্ত রহিত জীবন হৈ, ঔর সিদ্ধান্ত রহিত জীবন পতবার রহিত নৌকাকে সদৃশ হৈ।" (ধৰ্ম য়াওদ্রব পুন্সিদি সিদ্ধান্ত লৈত্রব পুন্সিনি অমসুং সিদ্ধান্ত য়াওদ্রব পুন্সিদি হিমাই চুদ্রনব য়াওদ্রব হিগা পাংথকনি।)

স্বামী শিবানন্দন হায়— 'Take away religion, Then man lives to no purpose ......... There is no real living without religion. It is only religion that makes existence valuable. Without religion there can be no morality. A life without religion is a dreary waste and death. Education without religion is not worth the name'

ধর্ম লোথোকপ্রো, অদু ওইরবদি মীওইবন হিংবদ অর্থ করিস্ত লৈত্রে। পোৎশিংবু হিংবদ মমল লৈহল্লিব অর্থ হাপল্লিব অদু ধর্মননি। ধর্ম য়াওত্রবদ মোরেলিটি লমচৎ হায়বসি লৈত্রে। ধর্ম য়াওত্রব পুনসি অদু কান্নদব অরেম্বদ পুক্নি হৌরব অমত্তুং শিরবনি। ধর্ম য়াওত্রব শিক্ষাদি মমিংগ মতিক চানত্রবনি।

অসিগুম্ব স্বামী বিবেকানন্দন হায়রম্মী—"Take religion from human society and what will remain? Nothing but a forest of bruts. মীওইব সমাজ অসিদগী ধর্ম লোথোকখ্রগ করি লেমহৌই? তমথিরব শাশিংগী জঙ্গল নত্তন করিস্ত লেমহৌদে।"

ধর্মেন হীন পশুভিঃ সমানা।

ধর্মবু য়াওত্রবদ মীওইবসু শাগ থক থেম্নদে।

# ধর্মগী হৌরকফম

সংসারগী অসিদ সমাজ কয়ামকম লৈ। মখোয় খুদিংমক্কী তোঙান তোঙানবা সমাজ অদুগী থৌশিল-থৌদা, নিতি নিয়ম চৎনবী "সমাজিক ব্যবস্থা" অমমম লৈনৈ। অদুবু ঐখোয়না ধর্ম হায়না খংনৈ। হিন্দু সমাজগী সমাজিক ব্যবস্থাগী মমিং "হিন্দু ধর্ম" হায়না খংনৈ। মতৌ অসুম্ব ইসাই ইস্লাম, বৌদ্ধ, মুসলমান-চিংবা মাগী মাগী সমাজিক ব্যবস্থাগী মমিংনি।

অহানবা মৈহৌরোলগী মতমদ মীওইবনা পদার্থগী ওইবা মপালগী জগৎকী মতিক চাদ্রবা অমসুং লেপ্তবা পুন্সিতদা হিংলম্মী। মতম পুম্নমক্ক অকি অখংগ মাযোক্নদুনা লাকই। শিব অমসুং মহৌশা প্রকৃতিগী ওইবা থিংঙমদ্রবা অঙকপ অকিবা থৌদোকশিং অসিনা মরম ওইদুনা মখোয়গী পুকনিং ৱাখল অদু মনুংলোমদ লৈশিল্লকদুনা মনুংগী ওইবা মরমশিং ৱাখল থন্দুনা থিরকখি। মখোয়গী লৈতারবা পুকনিংদগী, মপালগী জগত্ত সমাধান তৌবা ঙমলমদ্রবা পুনসিগী ৱাহংশিংগী পাওখুম মথং মথং কাংলকখি অমসুং মদুবু লমচত্ত পানসিন্দুনা চৎনরকখি। মতৌ অসুম্ব সভ্যতাগী চিংথৈ হুরকপগ ইরোইনন দর্শন (Philosophy) অমসুং (Religion) অসি মীওইবগ শাগোম্নদুনা হৌরকখি।

## দর্শন অমসুং ধর্ম

দর্শন অমসুং ধর্ম অসি অসি পোৎ অমত্তনি। দর্শন philosophy গী ব্যাবহারিক পাক্কী লমচৎ ওইনা শিজিন্নবা শরুকপু, ধর্ম অদুগা ধর্ম religion গী "বৌদ্ধিক পক্ষ" বুদ্ধিগী চত্রগ বাখল ওইনা শিজিন্নবা শরুকপু দর্শন হায়বনি। ধর্মদি লমচৎনা শুবা থবক্কি অদুগা দর্শনদি বুদ্ধিনা শুবা থবক্কি ধর্মগী হৌরকফমদি লমচৎনি অমসুং পন্থুংনা ঈশ্বরনি। অদুগ দর্শনগী লমথাবুংদি অদুকপু অমসুং অকিবগী মরম থিবদগী বাখল থনবা হৌরকখি মাগী পন্থুংনা অচুম্ব (Truth) নি। অচুম্ববু ধর্মনা ঈশ্বর কৌই। ঈশ্বরবু দর্শনা অচুম্ব (Truth, reality, being) কৌই।

## ধর্ম ৱাহৈগী হৌরকফম

ৱাহৈগী হৌরকফম (etymology) গী ওইবা অর্থদা 'ধর্ম' হায়বসি সংস্কৃতকী "ধারন" (পুবা) হায়বা অর্থ অদু ফোংদোকপা "ধৃ" ধাতুদগী 'ধর্ম' ৱাহৈ (শব্দ) অসি শেমলকপনি। মসিনা শুদ্ধ অর্থদি হেক লৈরিবা বিশ্ব ব্রহ্মান্দ সকল সৃষ্টি অসিবু ধারন তৌদুনা পুদুনা চৎথরিবা Law নিয়ম হায়বনি। ঐখোয়না নিয়ম অদুবু পদুনা হায়বদি ঙাক্লা ইন্দুনা [illegible] অমসুং নিয়ম অদুনা ঐখোয়বু ঐখোয়গী হায়রগী হৌরকফম ঈশ্বরদা পুশিনবিরিবা মহুবু ধর্ম কৌই। ইংলিসতা মসিবু রিলিজন (Relig'on) কৌই।

Religion রিলিজন ৱাহৈসিদু লেটিন ৱাহৈনি। Re অমসুং leger ৱাহৈ অনি অসিনা শেমবনি। Re=again (অমুক্কা) leger=to b nd or to gether (পোমজিনা পুনশিনবা)

To gether up again অমুক হন্ন খোমজিনব হায়বনি। Religion means being bound to God রিনিজনগী অর্থদি ঈশ্বরদ অমুক হন্ন পুনসিনব নত্রগ খোমজিনবনি।

ধর্ম পরমেশ্বরগী সনাতন ওইবা অমাং-অতা লৈতরব দিবা বিধান্নী। বিধান (নিয়ম) অসিন মবম লৈইদুনা শৃষ্টি পুম্নমকপু নিংথিনা ঙাক শেন্দুনা লাক্লি। ধর্মবু চৎপ হায়বদি বিধান (নিযম) অসিবু ইনব হায়বনি। জীব জাতিগী মঙ্গল ওইহল্লিব মতু ধর্মনি ঙসি ফাওব সংসাব অসিবু ঈরি কৎহন্দনা পুদুনা লাকলিব অদু ধর্মনি। মদুনা পবম পদ পরমানন্দ খুভমবু ফংহনব ঙম্ব অদু ধর্মনি। ধর্ম ওইবব অংগুম্ব পোৎ অদু অশেংব সত্যনি কনা গুম্বনা অদুম্ব সত্যবু ঙাংলিব মহাকন ধর্মবু ঙাংলিবনি। সত্য অমসুং ধর্মদ কারিগুম্ব শেন্নব অমত্ত লৈতে। মীওইবগী লমচৎ চাওখৎহনব চরিত্র বিকাসত মনুং অমসুং মপানগী চংব হৌনব থাদোকপ যাদ্রব সাধন পুমনমক অদু ধর্মগী মনুংদ লোইনা লাৱই। ধর্ম হায়বসি সনাতন তত্ত্বনা শেম্বনি। ধর্মাবলম্বী খুদিংমকন সনাতন পদ অসি ফংই।

## ধর্মগী পরিভাষা

অনিশ্বরবাদী ঈশ্বর থাজদব, নাস্তিক দর্শনশিংগী মনুংদ চার্বাক দর্শন্ন অথোইবনি। নাস্তিকশিংবু পদার্থবাদী Materealism হায়নসু খংনৈ। মখোয়গী মত্ত হকচাং অসিদগী হেনব অতোপ্প আত্মা হায়ব অমথক লৈতে। প্রতেক্ষ (খুংফংনব প্রমান)

মকুব অনুমান উপমান্নচিংব প্রমান অমত্তুস্থু থাজব নৈতে। পুন্সিদঁ লনথুম তানশিনব মিংচৎ তালহৌব মপু ওইহৌব অসুং হৰাৎ নুংঙাইখোককৌব অসিনচিংব ফংননব হোৎনবন মখোয়গী কর্মগী পান্দমনি। মিরগ হন্ন পোকপ নরক অমদি স্বর্গনচিং-বনু থাজবশিংন ধর্ম শব্দ অসিদ তাপলিব নত্রগ চেলহল্লিব অর্থ অদু মখোয়গীদমক্তি ওইদে। মখোয়গী মীৎয়েংদ ধর্মগী অর্থদি হন্দক্কী মপোক্কী পুন্সিদা তৌখিবগীদমক্তনি। মখোয়গীদি ধর্ম হায়ব নৈতে নৈখোয়ন মখোয়গী চানব মত ইন্ন হায়ব তারবদি "অদুগুম্ব কর্ম অদুদগী তাইবংগী ওইব অপাম্ব পোৎশিং অদুক্কী মতিক ফংহনব গুম্ব মদুমক ধর্মনি।"

## জৈনগী পরিভাষা

জৈন সম্প্রদায়ন ধর্মবু যাম্ন কুপ্ল পোৎচাক (পদার্থ) নি হায়ন লৌই। ধর্মগী পরমানু (Atom) নৈ হায়ন মখোয়ন লৌনৈ। পুন্য মঙ্গল ওইব অফব শাজৎ লমচৎ অমসুং থবক্তগী ধর্মগী পরমানু অসি পোল্লকই! জৈনীশিংন মদুবু 'পুদগল' কৌই। মদুন ধর্ম চেনব মীশিংগী হকচাং অদু শেম্বনি অমসুং ইন্দ্রি সংযম তৌব গুম্ব অমদি নুঙাইব মী ওইহনবনি অদুগুম্ব পুন্যগী ওইব কর্ম অমদি গুনশিংন শেমগৎতুন ওইহনব 'পুদ গল কৌব পরমানুশিং (Atoms) অদুবু ধর্ম কৌই। অদুগ পুন্য কর্মমক্তি ধর্ম নত্তে। মদুদগী পোকপ পরমানু অদু ধর্মনি। মরম অসিন ঐখোয়ন পুন্য কর্ম তৌগদবনি।

## বৌধ

বৌধ সম্প্রদায়দ ধর্ম শব্দ অসি য়াম্ন পাকচাওব অর্থদ শিজিন্নৈ মখোয়গী মত্ত আত্মা অমদি বিজ্ঞান্ন চংব খুদিংমক মীকুপ্তুংগী ওইন লৈব ক্ষনিবনি অমস্তুং অবোইবদ মাংব নাইবনি পুম্নমক অসি অহাংবদ লোইন তিনে; অহাংব শূন্যতা অদুবু নির্বান কৌই। মখোয়না স্কন্ধ ৫ খকপু পঞ্চ কৌই। চংনবী ৱাহৈদ হায়ৱগা অহিংসা অমস্তুং নির্বান ফংননব উপাইশংবু ধর্ম কৌই। জ্ঞান অসি ক্ষনিক ( momentary ) নি। মতাক মাংগ্রব মতমদ মাগী বাসনা ( অপান্নগী মমিঅম ) চুশোই। মতুস্তু জ্ঞানগুম্ন হোংব নাই অসিগুম্ন বিজ্ঞান সন্তান পরম পবাত্মক ( বিজ্ঞানগী মমি মতা মহৌশাদগী চংনরকপ ) আয়া সত্য জ্ঞান অদুগী মতুংইন্ন হায়বদি বুদ্ধগী ৱাখল অনুভবকী মতুংইন্ন অপান্নশিং পোকপ অদুমক ধমান। অৱাব ( দুঃখ ) ক্ষনিকতা মিকপ্তুংগী ওইব স্বলক্ষন (মশাগী খুদম) অমস্তুং শূন্য (অহাংব) মরি অসিবু আর্য্য সত্য হায়নৈ মসিগী অনুভবকা ইৱোইনব জ্ঞান ধারাগী ইচেল চেন্থরকপ মদুবু ধর্ম কৌই।

## হিন্দু

নিত্য ( নিতিগী তত্তুন তৌগদব সন্ধ্যা পুজানচিংব ) অমস্তুং নৈমিত্তিক মতম মতমগী ওইন (তৌগদব ) তৌফম থোকপ নথোবু ধর্ম কৌই। পুন্সিদ লেংদব অমস্তুং কর্তব্য অশেংব

[illegible] [illegible], নৈতিক অনুশাসন, লিচৎ-লমচৎকী নিয়ম খুদিংমক অসি ধর্মগী পরিভাষাদ মনুং চল্লি।

যুধিষ্ঠিরগী রাজ্যদ মহামনা ভিস্মন হায়খি "রাজাং নত্রগ রাখল নত্রগ থবক অমদি লমচৎ অদুন কলহ-দ্বন্দ্ব (লাংব খৎনব চৈনব-নচিংব অশান্তি হেনগৎহনব অদু অধর্মনি। অদুগ কলহ দ্বন্দ্ব অদু য়াওদব নত্রগ লৈতব্বুন ধর্মনি। বিশ্বদ বন্ধুভাব (মরুপকী রাখল) একতা (অমত্ত ওইবগী মতৌ) প্রেম অমসুং সদাচার সন্দোকহনব থবক, অদু ধর্মনি। অদুগ মদুন তোঙান্নব, য়েংথিনব ফত্তব শাক্তং, হঙ্গোইনব অমসুং অশান্তি পুরকনব ওইব, অদু অধর্মনি। সামাজিক জীবন অদুগী চৎনরোল শোকপ অমসুং মদুদগী সমাজ অদুগী নিংথিব অমসুং মরাচেৎপ য়াইফব ওইগদব, অমগ অমগ য়াইফননবগী রাখল শেমগৎপ অমসুং তাইবং অমদি লাইরৈবাক (ঐহক-পবমাথিক) কা ওইব মুঙাইব থিবিকপু পীননবগী মশক ওইব অদু ধর্মনি। পুন্সিগী নিয়ম নাইব থৌশিল ব্যবস্থাগী মমিং ধর্ম কৌই। মসিবু চত্রব নত্রগ থৌশাদ্রবদি থৌশিল লৈত্রব নিয়ম য়াওদ্রব অব্যবস্থা ওইরক্কনি ঐখোয়গী পুংমাং মাংন ওইগনি। ঐখোয়ন মসিবু ভাকলিব মানস্থ ঐখোয়বু ভাক্কশেনবিগনি। পোকপদগী শিরব মতুংফাওব মসি ঐখোয়গী থাদোকনব য়াদ্রব লেংদ্রব মকপনি।

ঐখোয়বু চাওখৎপ অথোইব মাংদ্রব খুভমগী মাইকৈদ পুশিনবিরিব অদু ধর্মনি। ঐখোয়বু মপুংফাব মতিক মগুন অমসুং মঙালগী মাইকৈদ পুবিরিব অদু ধর্মনি। ধর্মগী

মতেংতন মীওইবন ঈশ্বর ফংব ঙম্মী। অমসুং মী অদুগী ব্যাক্তিত্ব (Personality) অদু লাই ওইহল্লি। ধর্ম হিন্দু নীতিশাস্ত্রগী অথুপ্প ভত্তনি। ধর্মগী পান্দম অমসুং পন্থুংদি ঈশ্বরনি।

পুন্সিদ য়াইফব ওইথোকহল্লকদব গুন (Positive character) সদাচার পুম্নমক্কী মিং ধর্মনি। সদাচারদি অথোইব তপসানি। মসিদগী অল-থুম, ফজ্জব পুনসি তোলোইব অমসুং পরমপরাগী ইচেল লেপহন্দবদ মতেং ওইহল্লি। শাস্ত্রং ফত্তবদগী নীতি কায়ব, মিংচৎ থিন অমাং, অনার অমসুং অতোইবা মসুং মঙম চাদন মিশি চাদন শিব ফংই। ধর্মগী মরুদি লমচত্তগী হৌরকই অমসুং ধর্মগী নিয়মবু শেম্ব নিয়ানীতি পরমাত্মা মশামকনি।

Fichte গী ব্যাখ্যাদ "Religion to mean knowledge giving man a clear insight in to himself" ধর্মগী অর্থদি মীওইবগী মশামকন মসুংগী ওইবশিংবু হেন্না শেংদোকনব পিরিব জ্ঞান অমত্ত হায়বনি। Kant গী মত 'Religion is morality" ধর্ম হায়বসি পুনচেনব ফজ্জব লমচৎপুনি। Hegel গী বাহৈদ Religion is the divine spirit becoming concious of itself through Finite spirit অদুগ S. Radhakrishnan গী লোন্দ Religion is an inspiration to grow into the likeness of the divine ধর্ম হায়বদি লাইগী ওইব মতৌশিংবু বিকাস তৌদুনা চাওখৎহনব হায়বনি। স্বামী বিবেকানন্দন 'Religion is manifastation

of the divinity already in man মীওইবদ থুপতুন লৈরিব লাইগী গুন অদু য়াকাইহনব অদু ধর্মনি।

পুর্বমীমাংসা ইরম্ব মহর্ষি জৈমিনিগী ব্যাখাদ "বেদন ঐখোয়গী মঙ্গলগীদমক্তু পীরিব অমসুং অরাব মাংহন্নব তাক্লিব লম্বী অদুদ চৎপ অদু ধর্ম কৌই। মাগী মত্ত, যাগ যজ্ঞনচিংব তৌববু ধর্মনি হায়রন তাকই।

যোগাচার্য পতঞ্জলিগী মত্ত বৃত্তিবু অরাবগী মরম ওইগদব ঈচেলদ চেন্তবদগী কন্দুন সমাধি ওইবদ মতিক চাহনব অমসুং মীওইববু নিরোধমুখ ওইদুন (পুকনিং ইন্দ্রিশিংবু লাকশিন্দুন) স্বরূপাবস্থা মশাগী হান্নগী ওইব লৈতাব ফিভমদ লেংহন্দনব ধারা ওইহনবদ উপাই ওইব অদুগুম্ব কর্মশিং অদুবু ধর্ম কৌই।

বৈশেষিক দর্শনগী প্রনেতা মহর্ষি কনাদন মাগী দর্শন বৈশেষিক সুত্রদ ধর্মগী পরিভাষা পীরি "য়তোভ্যুদয় নিঃশ্রেয়সসিদ্ধি সধর্ম" অদুগুম্ব থবক অদুন তাইবংসিদা মুঙাইয়াইফব চাওখৎপ (অভ্যুদয়) পীব অমসুং অরোইবদ অমুক অমাং অতা লৈত্রব মোক্ষপদ (নিশ্রেঃয়স) ফংহনব মদু ধর্মনি।

সাংখ্য ফিলোসোফিগী সুত্র লেংলম্ব কপিল ভগবানগী ব্যাখা'দ অফব কর্মন ভিন্নব অন্তকরনগী অশেংব বৃত্তি (মনুংগী ওইব অশেংব লমচৎ) বু ধর্ম হায়রম্মী। অসঙ্গ আত্মা অসি অবিবেকন মরম ওইদুন, প্রকৃতিগী ওইব পদার্থশিংদ অহং মম (ঐ, ঐগী) হায়ব রাখল অসিন পুনশিন্দুন থম্মী। বিবেক খ্যাতি

(জ্ঞান) নত্তুন গুন অহুমগী মপক্ত ওইবী প্রকৃতিদগী নাম্বেোংপ থক ডমদে সত্বগুনগী ফিভমদ বিবেক লাকই। হকচাংগী পুক্লিংগী বুদ্ধিগী ওইব অদুগুম্ব কর্ম অদুন মরম ওইদুন অন্তকরন্দ, বৈরাগ্য শান্তিনচিংব পোকহনব বিবেকী মঙাল লাকপ অদুবু ধর্ম কৌই। অতেনব রাহৈদ মসি হায়ব য়াই, প্রকৃতিগী বিকার বিলাসতগী অনাসক্ত ওইদুন (পামশিল্লদন) পুরুষ অদুন মশাগী স্বরুপ খংননব বিবেক ইরোইনব লম্বীদ অন্তকরনবু শেমগৎপ কর্মশিং অদুবু ধর্ম কৌই।

বেদান্ত দর্শনগী প্রনেতা ব্যাসকী মত্ত অন্তকরন (পুকনিং বুদ্ধি অহংকার অমসুং চিত্ত) শেংহনবদ মতেং ওইব কর্ম অদুবু ধর্ম কৌই জগতকী য়াইফনব ওইব কমবুশু ধর্ম কৌই।

ভরদ্বাজ ঋষিগী মত্ত "তমগুনবু মাংহনব অমসুং সত্বগুনবু চাওখৎহনব কর্ম অদু ধর্মনি।"

দেবর্ষি নারদগী রাখলদ "মহাপুরুষশিংগী য়াথং মখোয়ন তাকপ মতুংইন্ন তৌব অদু ধর্মনি! অদুগ আঙ্গিরা ঋষিন, ভগবানগী মরমদ কৎথোক্তুন তৌব কর্ম অদু ধর্মনি হায়রম্মী।

ইতিহাস হৈব আচার্য্যশিংগী মত্ত থাইন মৈহৌরোলদগী চৎথরক্লিব লিচৎ অদু চুম্ন চৎপবু হায়বদি পরমপরাগত সদাচার অদুবু ধর্ম হায়ন খংনৈ। 'অচার প্রথমো ধর্ম', 'অচার প্রভবো ধর্ম' অমদি অচার পরমো ধর্ম লমচৎন অকানব ধর্মনি, লমচৎন ধর্ম পোকই অমসুং লমচৎন অথোইব ধর্মনি।

# বিশ্বজনিত ধর্ম

## UNIVERSAL RELIGION

সংসার পুম্নমক্কী ওইব অমদি খৃষ্টান, মহম্মদম্নচিংব ধর্ম খুদিংমক্কী ওইন চপ মান্নব, থাদোকপ থক য়াদব অমস্থং খেন্নদব ধর্ম অতুবু সামুহিক নত্রগ বিশ্বজনিত ধর্ম Universal Religion কৌই।

অন্তোষ ( পেনবহৈব ) ক্ষমা ( ঙাকপীহৈব ) অত্মাসংযম (মশাবু খুদ্রম চনব) অস্তেয় (হুরান্দব) শুচিতা (মন্নুং মপাল শেংব ) ইন্দ্রিনিগ্রহ (ইন্দ্রি খুদ্রম চনব) সত্যাসত্য অমস্থং নিত্যা নিত্য বিবেক (অচুম অরান অমস্থং অরেপ্প লেপ্পুবগী খনবহৈব জ্ঞান) তত্বজ্ঞান (ইশ্বর অমস্থং আত্মাগী জ্ঞান লৈব) '' সত (অচুম্ব) অমস্থং অক্রোধ (শাওদব) মসিবু বাখলদ্দ বাঙাংদ থবক অমস্থং লমচত্ত ঙাক্ল চৎশবু বিশ্বজনিত ধর্মনি হায়ন মন্নুন পরিভাষা অসি পীরম্মী।

বিষ্ণু সংহিতাগী মতুংইন্ন- ক্ষমা, সত্য, মন-নিগ্রহ (পুক্নিং খুদ্রমচনব) শুচিতা, দানশীলতা (দান তৌব) ইন্দ্রনিগ্রহ অহিংসা (জীববু অরাব পীদব) গুরু সেবা, তীর্থযাত্রা (তীর্থ কোইব) করুনা (থৌজাল হৈব) সাদগী (পুকনিং বাখল চম্ব) অপরিগ্রহ (লল পৈশিন্দব) দেব ব্রাহ্মন পুজা অমস্থং দ্বেষাভাব (য়েকনবগী বাখল থমদব খুদিংমক অসি Universal Religion নি।

মহাভারতকী মতুংইন্না জীব পুম্নমক্কী অফব অমসুং কাইদনব ওইব থবকশিং তৌব শ্রদ্ধা (থাজব) পিতৃতর্পন, লৈখিদ্রব ইপা ইপুশিংগী মফমদ তৌবিমল কৎপ) তপস্যা (তপতৌব) সত্য, অক্রোধ, একপতীব্রত (নুপী নত্রগ মপুরোইব অমত থম্ব) সুচিতা, শিক্ষা (মহৈ তম্ব অমসুং শন্দোকপ) অদ্বেষ (য়েংথিনদব) আত্মাজ্ঞান (আত্মাগী জ্ঞান লৈব) অমসুং সহিষ্ণুতা (থা.বহৈব) মখোয় অসি বিশ্বজনিত ধর্মগী শরুকশিংনি।

পদ্ম পুরান্দ পীব মতুংইন্না সন্তোষ সত্য, তপস্যা, দান, আত্মসংয়ম, সহিষ্ণুতা, শুচিতা অহিংসা শম (পুকনিং খুদুম চনব) অমসুং অস্তেয় পুম্নমক অসি পৃথিবীগী ওইব ধর্মনি।

মতস্য পুরানগী মতুংইন্না অদ্বেষ অপরিগ্রহ, ইন্দ্রিয়নিগ্রহ, তপস্যা ব্রহ্মচার্য্য, করুনা সত্য সহিষ্ণুতা, অমসুং ধীরতা (তপথব), মসি বিশ্ব ধর্মগী অঙ্গশিংনি।

যাজ্ঞবল্ক্য মুনিগী মত্ত সদাচাব, যজ্ঞ (কৎথোকতুনা তৌব থবক) দমন (ইন্দ্রে লাকশিনব) অহিংসা, দান, স্বাধ্যায় (অশেংব লাইরিকশিং নৈনব) অসিনচিব মফম মতমগী মতুং-ইন্না তৌব অমসুং যোগ তৌদুনা আত্মা থংব মসি অথোইব পরম ধর্মনি।

রাজযোগগী সুত্রকার মহর্ষি পতঞ্জলিন অহিংসা, সত্য, ব্রহ্মচার্য্য অস্তেয়, অমসুং অপরিগ্রহ কৌব "যম"—অদুগ শৌচ (মসুং মপাল শেংব) সন্তোষ তপস্যা, স্বাধ্যয় অমসুং

ঈশ্বরপ্রনিধান (থবক পুম্নমক ঈশ্বরদ তূংনফম ওইব) কৌব "নিয়ম" অসিবু বিশ্বজনিত ধর্মনি উৎলি।

শ্রীমদ্ভাগবতকী মতুংইন্না সত্য, দয়া, তপস্যা, শৌচ, তিতিক্ষা (খাংব কনব) মনসংযম, ইন্দ্রিসংযম, অহিংসা, ব্রহ্মচার্য্য, ত্যাগ স্বাধ্যায়, সরলতা (অচম্ব মতৌ) সন্তোষ, সমদর্শী (পুম্নমক চপ মান্নন য়েংব) মহাত্মাশিংগী সেবা, সংসারগী বিষয়দগী মাই ওন্থোকপ) নাপল তৌদব, মৌন (তুমিন্না লৈব) আত্মাচিন্তন (আত্মাগী মরমদ খনব) জীবশিংদ ওন্থমথৈ চিঙ্গাক পীব, ঈশ্বরগী তংনশিং লিলাশিং নৈনব তাব শকপ, নিংশিংব, সেবা পুজা, অমসুং খুকন্থ আত্মা সমর্পন (কৎথোকপ) অসিবু বিশ্বধর্মগী গঙ্গনি হায়ন পী।

শ্রীমদ্ভগবত গীতাগী মতুংইন্না অভয় (কিদব) আত্মাশুদ্ধি (থম্মোইশেংব) জ্ঞানযোগদ লেপ্ন লৈব, দান, দম, যজ্ঞ, স্বাধ্যায় তপ, অর্জব (অচম্ব মতৌ) অহিংসা সত্য অক্রোধ, ত্যাগ শান্তি অনসূয়া (ফুম্বংনদব) দয়া অনাশক্তি (পামশিন্নদব) কোমলতা (থম্মোই থোৎপ) লজ্জা (ইকাইখংব) চঞ্চলতা লৈতব, তেজ, (থৌনাফব) ক্ষমা (ঙাকপিহৈব) ধৃতি (খাংব কনব তপথব) শুচিতা, মৈত্রী (মরুপ ওইবগী রাখল) অমসুং নিরভিমানিতা (নাপল অমসুং চৎথোকপ লৈতব) মসিবু দৈবী সম্পদা কৌই ময়াম অসি অহিংসা সত্য শুচিতা অমসুং আত্মাসংযম ৪ অসিগী শন্দোকপ মশকনি।

ন্যায় দর্শন ইরম্ব মহর্ষি গোৌতমগী মতুং ইম্ন ধর্ম আত্মাগী অথোইব গুন অমনি। মদু অফব কর্ম অমসুং অশেংব ৱাখল প্রবৃত্তিদগী পোকই। মসিবু অদৃষ্ট কৌই, মীওইবগী পুন্সিদ দোষশিংগী হৌরকফম প্রবৃত্তিশিং লৈ। করিগুম্বদ রাগন হুমদুন পুই করিগুম্বদ ক্রোধন ঙাওহল্লি। করিগুম্বদ মোহন পুন্সিদুন থম্মী। অসুম্ন মখোইন মরম ওইদুন মীওইববু সংসারদ পুন্সিদুন মিৎতাংব তমথিব অমসুং নাকল নামত্তু য়েংব ওইহল্লি। মসি অধর্মগী মরুনি। অধর্মশিং অসিগী হৌরকফম মক্ দোষ ১০ লৈ। মী অদুন পুকনিং ৱাখল ৱাঙাং অমসুং থবক্ত (কায়িক বাচিক অমসুং মানসিক) দোষ ১০ অসিদগী কঞ্জরিব অমসুং ঙাক্ল চৎলিব অদুন অবিদ্যাদগী মুক্ত ওইদুন অথোইব গতি ফংই অমসুং পোকপ শিবগী অৱাবদগী মতম ুম্নমক্তা ওইন লাম্থোকই। ধর্মবিমুখ ওইব পাপ ১০ অদুদ অসিনি—

১। অতোপ্পগী লল অসি ঐন কমদোন ফংশিগে হায়বগী ৱাখল। ২। পুকনিংদ নিষিদ্ধ কর্ম (বেদন তৌহনদে হায়ন থিংব থবক) তৌনিংবগী ৱাখল। ৩। নরক সর্গ, পুনর্জন্ম, জীব ঈস্বরবু কনান থংজবগে? হকচাং অসিন লোইরবনি অসুম্ন (মান) নাপল তৌব। ৪। খোন্দা ৱাওব অমসুং কল্ল ঙাংব ৫। মীনম্ব ঙাংব। ৬। অতোপ্পগী নিন্দা তৌব। ৭। কান্নদব ৱারেম ঙাংব। ৮। মীন পীদন লৌব পোৎ। ৯। পুকনিং ৱাখল, ৱাঙাং অমসুং থবকন কনাগুম্ব জীববু অৱাব পীব।

১০। অতোপ্পগী মুপী, নত্রগ মুপাগ মরি লৈনব)

মখোয় ১০ অসিবু থাদোক্লবদি বৃত্তি অসি মমুংদ লৈশিল্লক-তুন আত্মাগী অনুকুল ওইরকই। বৃত্তিন আত্ম সামীপ্য ওইরকপ অদু ধর্ম চাওখৎলকপগী খুদমনি।

বৌধগী লম্বী নিপাল অষ্টাঙ্গ নীতিপথ অমসুং ঈশামসীহগী পর্বতীয় উপদেস (চীংথক্কী পাওতাক) অদু Universal religion নি।

---

# ধর্মগী মখল

Dharma is the iternal law on which the universe rest and by which the universe governed.

(SIVANANDA)

(মতুন জগৎপু ঙাক্লিব অমসুং মতুদ জগতন তুংনকম ওইরিব সনাতন ওইব নিয়ম অদু ধর্মনি।

Dharma is that which binds society together. That which divides society breaks it up into parts and makes people fight one another is Adharma.

(সমাজবু অমগ অমগ পুনশিন্নহল্লিব অদু ধর্মনি মতুন সমাজবু তখাই তাহল্লিবা মচেৎ ২ থুগাইরিব অমসুং অমগ অমগ খৎনহল্লিব অদু অধর্মনি)

ধর্ম খুদিংমক্ত সামুহিক (পুম্নমক্কী ওইব) ব্যক্তিগত (লম্নাইগী ওইব) হায়দুন অনি থোকন খায়দোকই।

ধর্মগী তোঙান তোঙানব মখল কয়ামরুম লৈ। সনাতন ধর্ম, সামান্য ধর্ম, বিশেষ ধর্ম, বর্নাশ্রম ধর্ম, স্বধর্ম, যুগ ধর্ম কুল ধর্ম, মানব ধর্ম, পুরুষ ধর্ম, স্ত্রী ধর্ম, রাজ ধর্ম, প্রজা ধর্ম, প্রবৃত্তি ধর্ম, নিবৃত্তি ধর্ম অসিনচৌংব ধর্মগী মখলশিংনি।

## সামান্য ধর্ম

ধর্ম খুদিংমক্কী সামান্য অমসুং বিশেষ হাযব মখল অনি অমুক লৈরি। সামান্য ধর্মদি খুদিংমক্ত অমত্ত ওইন লেংদন লৈ। কদোইউদসু করিগুম্বদসু মফম মতমগী মতুংইন্না খক হোংব লৈতে। ধর্মগী অসিগুম্ব শরুক অসিবু সনাতন অমসুং নিত্য অরেপ্পনি হায়ন লৌনৈ। অদুগ মফম মতমগী মতুংইন্না মওং তোঙাল্লিব অমদি খেন্নরিব অসিবু বিশেষ ধর্ম কৌই। মসিদি ধর্মগী থোইদোকন মক ওইদব সুপ্নগী মপান্থোংগী শরুকনি।

সামন্য ধর্ম হায়বসি ধর্ম অমদি মী খুদিংমক্কী ওইবনি। বর্নাশ্রম ধর্মদি জাতি অমসুং পুন্সিগী ফিভমগী মতুং ইল্লি। সামান্য ধর্মদি বর্ন নত্রগ অশ্রমদ তুংনফম ওইদে। মী খুদিংগী চপ মান্নে। নৈতিক গুন ফজব লমচৎ লিচৎ হায়বসি করিগুম্ব জাত বর্ন, সম্প্রদায়, নত্রগ দেশ অদুগী নত্তে। মালেমদ কায়-দোংলিব মী পুম্নমক্কীনি।

---

## অওনব ( পরিবর্তন শীল ) ধর্ম

ডাক্তরশিংন অনাব মীগী হকচাংগী ফিভম অমসুং লায়নাগী মওং মতৌ যেংলগ হিদাক পী অমসুং লাইয়েং তাকই। মতৌ অসিগুম্ব মীওই মখল কয়াগী তোঙান্নব পুকনিংগী লিচৎ প্রবৃত্তি অমসুং হৈনব মওং যেংলগ তোঙান তোঙানব ধর্মগী লম্বী তাকই। খুদম ওইন নুপীন চৎকদব নুপান চৎকদব তোঙানব কয়া লৈরি। জাতি অমগীন অমনি অদুগ অতোপ্প জাতি অমগীন অমনি তৌইগুম্বসুং সত্য, অহিংসা অস্তেয়, শুচিতা, ইন্দ্রিনিগ্রহ অসিনচিংব গুনশিংসিদি পুম্নমক্কে চপ মান্নন তাকই।

পরিবর্তন ধর্ম অসি দেশ কাল অমসুং পাত্রগী মতুং ইল্লি। ১০শুব শতাব্দিদ চৎনরম্ব ধর্ম অদু হৌজিক চৎনব য়াদ্রে। ঙসিগী ফিভম অমসুং সমাজগী অবস্থাদ ধর্ম ওইন চৎনরিব অসি হয়েংদি অধর্ম ওইরকপদ থোইদোকন ঙক্লিংঙাই লৈতে অসিগুম্ব ধর্মগী মফম অমসুং ফিভমগী মতুংইন্ন হোংগদব শরুকপু পরিবর্তনশীল ধর্ম কৌই। খুদম ওইন আপদ্ধর্ম।

## আপদ্ধর্ম

আপদ্ধর্মসু পরিবর্তন শীল ধর্মগী মসুংদ অমনি। মসি খুদোংথিরব মতমদ অচুমব ঙাক্লনব অমসুং আত্মারক্ষাগীদমক্ত শিজিন্নবব ধর্মনি। ভারত্ত ঔরঙ্গজেবন পাল্লিঔদ মাগী নোংমগী হিন্দূ ৪০ মহম্মদ ওলহনব ঙমদ্রবদি চাক চাদব রাশক অম মতম খর পায়থংলম্মী। অমসুং মফম মফমদ হিন্দু ধর্ম মুথৎনব

মী থারম্মী। মতম অসিদ ঔরঙ্গজেবকী মনাইশিংন লম্বীদ চৎপ হিন্দু চন্দন থিনব অহলমথৈ ফার ফারগ মমাইদ মরৈন লেক্লম্মী। পাঙলন মমাইদ লেবক্লে হায়দুন মখোয় অমুক ইরু-জরগ চন্দন থিল্লম্মী। অস্নুম্ন কনা কনাগুম্ব অহলদি ব্রাকচিংগী ইংলব মতমদ নোংমদ মঙা তরারক ইকুজব তারম্মী। মতম অসিদ মখোয়ন মদু কম্নবগীদমক্ত গুরু গোবিন্দগী মফমদ চত্তুন মখোয়গী ধর্মবু ঙাকপিনব হায়জরম্মী। গুরু গোবীন্দন মখোয়দ মন্ত্র অম তাকলকখি—নখোয়ন ইকুজরগ নংগী পূজা তৌরো, অমাংবন চন্দন থিল্লো, নুমীদাংথাইরমদ অমুক্তং গ ইরুজরো নোংমদ অনিরক্তং লুজরো মতুন মঙা তরারক অরাব খাংবদগী হেন্ন ফগনি। মথংগী নুমিৎতগীদি মখোয়ন মদু তৌরে। পাঙলশিংন ফারগ মখোয়গী মরাইবকী চন্দন অদু য়েক্লম্মী তৌইগুম্নসুং অমাংবন থিনব চন্দন ওইরমলে।

অস্নুম্ন পাঙল পুম্নমক মতুংদ অমুক চন্দন লেকপগী প্রোগ্রাম তোকক্লে।



## ধর্মগী কায়াৎ অহুম

ধর্ম খুদিংমক্কী Philosophy (দর্শন) Mythology পুরানগী পাওতাক ৱারী অমসুং Ritual (কর্ম) শরুক অহুম অসি লৈ। দর্শন (Philosophy) ন ধর্মগী মরুওইব মচিনি। মসিন মাগী লেংদ্রব য়ুম্ফম্নি। মসিন ধর্মগী নিয়ম, সিদ্ধান্তশিং নত্রগ কয়াৎশিং অমদি পন্থুং অমসুং মতু ফংননব পাম্বৈ উৎলি।

Mythology ন ফিলোসোফিবু মীরমলেনগী অথোইব মী অমসুং লাইরমলেনগী শক্তম (Supernatural beings) শিংগী লমচৎত পান্দুন ৱারি ওইন অমদি মুর্তি ওইন, খুদম পীদুন শন্দোক্ন য়েক্নুন অমদি বর্নন তৌদুন তাকই।

Ritual (কর্ম কান্দ) ন ফিলোসোফিবু অমুক হেন্না মপং (Concrete) ওইব মওংদ মী খুদংমক্ন খংব অমদি থবক ওইন তৌখিনব উৎলি। Ritual অসি কুম্মৈগী মওং (Ceremony) ওইন শেম্মী। হৱাও কুম্মৈ যাগ যজ্ঞ পূজানচিংব কুম্মৈশিংদ থাইন শিজিন্নব উৎলিব ধর্মগী শরুক অসি Ritual নি।

## হিন্দু মাইথোলোজী

মাইথোলোজী হায়বসি ধর্ম খুদিংদ য়াওব শরুক নত্রগ কায়াৎ অমনি। মসি দর্শনবু অরাইব মওংদ মপং ওইন মুর্তি নাইন উৎপনি। মসিন খুদমদ পাওরৌদ, পাওতাক্ত

লিলাদ অমদি মূর্ত্তিদ উত্তুন ধর্মগী খংবদ রারব দর্শনগী অচুম্বশিং অদু লায়রুন্দুন খংব ঙমহল্লি। অমসুং কাওগল্লব দর্শনবু লাইন নিংশিংত্তুন লৈহল্লি মাইথোলোজীশিং অসি রারি খর খরগ লোয়মন উৎলি।

হিন্দু মাইথোলোজীশিংদ অরাংব অচুম্ব কয়া য়োমড্রন হ,পলি। মসিদ অপংব উৎতুন বরেম্বব মরৈ য়েৎপ নোকব তৌরোইদবনি। পংহায় হায়জিনব ভাবন পংশেম শেমজিনবনি হায়ন খনগনু। বু,দ্ধি শিজিন্নৌ অমসুং মরম থিযু। ঐখোয় খুদিংমকন পোকত্রিডৈদগী ঐখোয়গী য়াইফনবত খল্লব শিংলব জ্ঞান লৈরব ঋষিশংন থুপলব আত্মাগী মরল তত্ত্বশিং অদু মাংদনব মাইথোলোজীগী লৈহৌরান য়োমড্রন হাপচিল্লগ ঐখোয়গী দমক্ত থম্বীরম্বনি। মাইথোলোজী নৈনড্রন ঐখোয় মীওইবন ফংব ঙম্ব খ্বাইদগী রাংব অচুম্ব অদু ফংব ঙমগনি।

মুঙাইরব মাইথোলোজীগী রারিশিংসি পুরান অমদি ইতিহাসত য়াম্ন য়াওই। ঐখোয়ন ভুগোল Geography বু মেপ্ত য়েংলগ নৈনৈ। অশেংবদি মেপ্ত লৈবাক নক্সগ সহর থক লৈতে তৌইগুম্বসুং মড্রন ঐখোয়দ তোঙান তোঙানব লৈবাকশিং খংবদ মতেং পী অমসুং ভুগোলগী জ্ঞান ফংহন-বদ পাম্বৈ য়াম্ন ওই। মতৌ অদুগুম্ব ঐখোয়ন দর্শনগী থুপ-লব লুরব অরোনব অচুম্বশিং অদু মাইথোলোজীগী রূপান্তর লাইন খংজিনব ঙম্মী, পুরানগী রারিশিং মাইথোলোজীগী

বিষয়শিং অসিন সাধারন মীওইবগী পুক্নিংবু ধর্মগী অচুম্ব তম্ন পুবদ লাইহল্লি। অগাং ফাওবন রারিশিংসি মবেম্বোক্লগী তাব ঙম্মী। পণ্ডিং পুরোহিত অমদি রারী লিবশিংন ধর্মগী থবক থোকপদ লাইশংদ অমদি লাইফমশিংদ লীতুন তাহল্লি। লৌমী শিন্মী অমদি কৈথেল কাবীশিং ফাওবন রারীশিং অসি তাই অমসুং অমগ অমগ লিনৈ। মতৌ অসুমন হিন্দুগী দর্শন অমসুং ধর্মগী idea অমসুং ideals ভাব অমসুং ফিভমশিং অরাংব অধ্যাত্মিকী ইচেলন অরাংব মহাত্মাশিংদগী সাধারন ইচম চম্ব প্রজা মুপী অগাং ফাওব, ফাওদুন চেল্লি।

# পৃথিবীগী ধর্মশিং

পৃথিবী অসিদ চৎনরিব ধর্মশংগী মনুংদা হিন্দূ (Hinduism) জরদুস্ত (Zorostrianism) যহুদি (Judaism) বৌদ্ধ (Buddhism) ঈসাই (Christianity) ইসলাম (Mohammedanism) ধর্ম তরুক অসিন অথোইবনি। মসি নত্তব কনফিসস (Confucianism) তাও (Taoism) সিখ (Sikhism) হিব্রু (Hebruism) জৈন (Jainism) সুফিস (Sufism) অমসুং শিন্তো (Shintoism) ধর্মনচিংব ধর্ম কয়া লৈখরি।

## ধর্ম পুম্নমক এসিয়াদগী শম্দোকখিবনি।

পৃথিবীদ হেক্ক লৈরিব অমসুং চৎমরিব মরুওইব অহিংব ধর্ম পুমনমক্কী হোৌরককম মফমদি এসিয়া মহাদেশ অসিদগী

ঙাক্তনি। কনফিসস অমসুং তাও ধর্ম চিনাদগী হৌবনি। জরথুস্ত ইরান্দগী হৌবনি। যশুদি অমসুং ঈসাই পেলেস্টাইন্দগী হৌরকপনি। ইস্লামমন আরবতগী অদুগ হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন অমসুং সিখন ভারতগী হৌদুনা শন্দোকখিবনি।

## অমত্তদগী ময়াম পোকখিবনি।

অহানবদ ধর্ম অমখক্ত লৈরম্মী। মতুদগী লৈরিব ধর্ম কুম্মমক অসি পোকখিবনি মীওইবন চেকশিন্দবদগী নাপল চাওথোকপা অমসুং স্বার্থন মরম ওইদুনা ধর্ম অদুবু মোৎহন্দুনা মশক থিহল্লরুব অমসুং অজ্ঞান মরম ওইদুনা ধর্মগী অচুম্বাশং অদু কাওথোক্লুনা লান্ন চৎনবরুব মতম অদুদ ধর্ম গুরুশিং হেক হেক পোক্লক্লুনা ধর্ম অদুবু অমুক সংস্কার তৌই অমসুং মতিক মঙাল লৈব ফজব অমংব অমূক ওইহল্লি। অসুম্ম ধর্ম অদুগী অমোৎপা শরুক অদু শেংদোকনব হোৎনবদগী অনৌব মওং অমগুম্ম থোরকই অমসুং তোঙানব অমগুম্ম লৈখিবনি। তশেংবদি অনৌব অম হৌদোকখিব নত্তে হান্নগী অদু শেম্মদগী মশক ওন্থোকখিবনি।

অহানবদ সুপ্নগী অমখক্ত ঙাইরব বৈদিক ধর্ম মথন্ত লৈরম্মী। মসিবু অমাং অতা নাইদ্রব সনাতন ধর্ম কৌই। মরমদি মাগী হৌরকফম অমসুং লোইকম লৈতে, লেপ্প হ্মদে। মসিবু পৃথিবীগী মীওইবন আর্য্য ধর্ম, হিন্দু ধর্ম কৌনৈ।

থাইন মীশিংন বেদগী অচুম্ব নিয়ম অমসুং পাওতাক "একেশ্বরবাদ" (Monothism) অদু কাওথোক্কুন চৎনরকত্রব মতম অদুদ মদুবু নোৌহোন শন্দোরবগীদমক্ত জরদুস্ত (Zoroster) পোক্লকখি। মহাক্ন লাই অমৎক্ত নিংব নিয়ম অমুক শন্দোকখি অমসুং লাই ময়াম নিংব অমদি লাৎপগী নিয়ম নমথখি। মাগী ফোরমুলা, সিদ্ধান্তদি "পরমেশ্বর, ঐখোয়গী ভগবান ঈশ্বর মথম্তনি" (The Lord our Lord is one Lord) মান পরমেশ্বরবু 'অহুর্মজদ" (Ahurmazada) কৌই। ধর্ম অসিগী অথোইব লাইরিক "জন্দাবস্তা" নি। জন্দাবস্তাদ ইরিব লোন অসি তরাগী মনুংদ তরেৎন সংস্কৃতনি। মসিন বেদদগী চোংথোরকপ খ্বাইদগী হানব অমসুং নরুব ধর্মনি।

জরদুস্ত ধর্মদগী পুরগ শেমদোক শেমজিন তৌদুন যহুদি ধর্ম (Judaism) শেমখি। 'খুসরোগী য়াথংদগী খৃষ্ট মমাং চহি ৪৫০ দ এজরা অমসুং নেহমিয়া ন ওল্ডটেষ্টামেন্ট হায়ন অরিব রাখল বিচার অমদি রারিগী লেখ কয়ামকুম খোমজিল্লগ শেমখি। লাইরিক অসিদ ইব্রাহীম অমসুং মূসাবু পৈগম্বরনি হায়ন লৌই।" (বিশ্বধর্ম দর্পন ১৮)

যহুদি ধর্মন লৈখা তারক্লব মীওইববু ওৎ নৈরক্লব মতমদ যহুদি ধর্মবু রিফোর্ম তৌননবগীদমক্ত ঈসামসীহ Jesus পোক্লকখি অমসুং ইসাই Christainity কৌদুন শেমদোক্লগ অনৌব অম ওইন চৎনখি। Christainity অসি

যীশুন হিন্দু অমসুং বৌধগী নিয়মবু পুশিল্লগ যহুদি ধর্ম (Judaism) দ অনৌব অম ওইন শেম্লনি। জর্মনগী বিদ্বান শোপনহুয়ারন মাগী "রিলিজন অমসুং অতৈ নিবন্ধ" কৌব লাইরিক্ত হিরি 'ঈসাই ধর্ম ভারতীয় বিজ্ঞানদগী লোথোকপনি

'ঈসাই ধর্ম ভারতবর্ষগী বিজ্ঞানদগী লোথোকলগ যহুদি মতকী মখাক শৈনব বিদেশী উপাল অসিদ থাবনি। হান্নগী মউ অদুগী অশংব মশক করিগুম্ব শকক থরদ অদুম নৈরি তৌইগুম্বসুং মতুম ওম্লোক ওনশিন কয়া তৌদুন অনৌব মওংন শ হল্লে।"

(বিশ্ব ধর্ম দর্পন ২৪)

ঈসাই ধর্মগী অথোইব লাইরিক্তি হান্নগী যহুদি ধর্মগী লাইরিক (অরিব নিয়ম) ওল্ড টেস্টামেণ্ট অসিগী মথক্ত মখোয়গী (অনৌব নিয়ম) ন্যু টেষ্টামেণ্ট অমি অসি পুনশিল্লগ বাইবল হায়ব অসিদ ওই। "ন্যু টেষ্টামেণ্ট অসি অহুমসুব সদীদ মহারাজ কান্সটেণ্টাইনগী সভাপতিত্বগী মথাদ সন ৩২৫দ নাইস নগরদ খম্নরগ খন্দোক খঞ্জিন তৌরব লেখ কয়ামরুম-দগী পুন্সিল্লগ শেমখিবনি।

(বাইবল দর্পন ৩)

ন্যু টেষ্টামেণ্ট দ তোঙান তোঙানব লেখ (লাইরিক) কুন্তরেৎ (২৭) পুনশিল্লি মসিবু "ইঞ্জীল" কৌই। ওল্ড টেষ্টা-মেণ্টদ তোঙান তোঙানব লেখ ৩৯ তোঙান তোঙানব মমিংদ

খোমজিল্লি। অহানব লেথ লাইরিক ৫ অসিবু তৌরেত কৌই। মসিগী মথং লাইরিক ১২ অসিবু ইতিহাসকী লাইরিক্কি লৌনৈ। মসিগী মতুং অযুব অমস্তুং ভজন সংহিত, লাইরিক অনি অসিবুন জবুর কৌই। লেমহৌব লাইরিক ২০ অদুসু ওল্ড টেস্টামেন্টদ হেনশল্লি।

ঈসাই (খ্রীষ্টান) ধর্মন মোংলকলব অমস্তুং অন্ধবিশ্বাস ভেইদন নৈলগা হারকন্দনা হেমা মহম্মদনা মাগী (Monothism) একেশ্বরবাদকী সিদ্ধান্ত অসি ঈসাই ধর্মদগী শেমদোকতুনা ইশ্লাম ধর্ম হায়না কৌদুনা শন্দোকখি। মহম্মদ খৃ ৫৬৯ দ আরপকী মক্কা নগরদ পোকপনি ইশ্রাম (Mohammedanism) ধর্মগী অমত্ত ভাইব লাইরিক্কি 'কুরান' নি।

অমরোমদ বেদগী ধর্মবু ব্রাহ্মনশিংন ওয়-হৈনব অয়ানব লম্বীদ যজ্ঞ তৌব শা-যন্নচিংব জীববু বলি তৌরকপ অমদি ব্রাহ্মনশিংন মথা থাব বর্ন বৈশ্য শুদ্রনচিংবু লায় লমজিংদুনা ওৎনৈরকলব মতমদ ধর্মদ য়াওরিব সত্য অদুবু কয়নব অমদি অন্ধবিশ্বাস অদু মাংহন্নবগীদমক্ত বুদ্ধ চোংথোরকখি। মান জিবশিংবু হিংসাদগী কয়নব অমস্তুং অতোনব জাতি শুদ্রন-চিংববু থাঙ্গৎননব হিন্দু ধর্মগী অনৌব শক্তম অম ওইনা বৌধ ধর্ম শন্দোকখি। অমস্তুং নোংপোকলোমদ চৎখিদুনা লমদম অদুগ চান্নব মওংদ মাইকৈ অসোমগী ধর্ম কয়া অম শেমদোক্তুনা চৎনখি। জৈন ধর্মসু মহাবীরন বৌধদগী থজিক্কংদ ওন্থোকলগ

শন্দোকখিবনি। ব্রহ্মোইজম (Brahmoism) হিন্দু অমস্তুং খৃস্তান ধর্ম অনিন পুন্দুন শেম্বনি।

মতৌ অসুম্ব অনৌব ধর্ম খুদিংমক মমাংগী ধর্মশিং অদু-দগী শেমদোক্তুন ৎৌরকপনি। মতুবু শেংদোকনব হোৎনবদ মত থেম্মরকপদগী অনৌব মিংদ চোংথোকনরকপনি। মরম অসিন পৃথিবীদ হেক লৈরিব ধর্ম পুম্নমক বৈদিক ধর্ম বৌব ইফুৎ অদুদগী চেন্থরকপ ইরোং ইথাই ছাকতনি। অদুগ ধর্ম খুদিংমক অমন অমগী য়েকনব নত্তে অম অদুবু ফজনব হোৎনরকপদ মত থেম্মরকপ অমস্তুং চৈন হুম্মরকপনি।

পৃথিবীগী ধর্মশিং অসিগী হৌদোকপ (সংস্থাপক Founder মহাত্মা অমমম লৈ অমস্তুং ধর্ম গুরু অদুগী মমিংদগী ধম অদু মমিং থোল্লি। ভগবান জোরষ্টরগী মিংদ জোরোষ্ট্রীয়ানিজম তাওগী মিংদ তাওইজম, ভগবান কনফিসসকী মিংদ কনফ্যু-স্যানিজম, মহম্মদকী মিংদ মহম্মদনিজম, খৃষ্টগী মিংদ খৃষ্ট্যা-নিজম, বুদ্ধগী মিংদ বুদ্ধিজম অমস্তুং জিনাগী মিংদ জৈনিজম অসিনচিংব। তৌইশুম্বস্তুং হিন্দূ ধর্মগী হৌদোকপ (Founder লৈতে। মাদি পৃথিবীগ চপ মান্নন কুইরে অমস্তুং ঙসি ফাওব মাংব লৈত্রি। স্বামী বিবেকানন্দগী ৱাহৈ নিংশিংব য়াই "ঐখোয়গী ফিলোসোফিদি কনাগুম্ব থোইদোকপ নুপা অমত্তগী মথা পোনব নত্তে। শ্রীকৃষ্ণন অনৌব অমস্তুং মরম্মাই হৌদোকপ ৱাফম নত্রগ পাওতাক অমত্তুম্ব শন্দোকলমদে। রামায়ন শাস্ত্রদ

য়াওরমদব উপদেশ অমগুস্ত সংসারদ পীরমদে। অদুগ মসি খংজিনগদবনি মদুদি খৃষ্ট্যানীতিন খৃষ্ট য়াওদন লেপ্ল ওমদে। মহম্মদানিজমন মহম্মদ য়াওদ্রবদি হিংব ওমদে। বুদ্ধিজমন বুদ্ধ য়াওদ্রবদ লৈব ওমদে তোইগুম্বসুং হিন্দু ধর্মদি কনাগীসু মথা পোন্দন মনিং ওম্ন লেপতুন লৈ but Hinduism stands independent of any man — ....।" (Rousing call to Hindu nation page 115)

## হিন্দু ধর্মন ধর্ম পুম্নমক্কী মমানি।

পৃথিবীদ লৈরিব ধর্ম পুম্নমক হিন্দু ধর্মদগী পোকখিব ওাক্তনি। স্বামী শিবানন্দন হায়—"Hinduism is the mother of all religions— হিন্দু ধর্মন ধর্ম পুম্নমক্কী মমানী। .............. বৌদ্ধ ধর্ম হিন্দু ধর্মদগী লোংথোকখিব নত্রগ থায়দোকখিবন। ভগবান যীশু কাশ্মির অমসুং বেনারসত তপস্যা তৌডুন যোগ অধ্যয়ন তৌরম্মী অমসুং হিন্দু উপদেশ অমদি নীতি নিয়ম লৌরগ পেলেস্টাইনগী ওা ফাব তুমশিংগ চাননব শেমডুন শন্দোকখি। মহাবীরন বৌদ্ধ ধর্মদগী জৈন ধর্ম শেমদোকখি। জোরোস্ট্রিয়ানিজম অমসুং খৃষ্ট্যানীতিনচিংব ধর্ম পুম্নমক তশেংন হিন্দু ধর্মতদগী শেমদোকখিবনি"

( Bless Divine 210 )

স্বামী শিবানন্দন হায়বগুম, ভগবান ঈসা মসীহ (যীশু) গী পুন্সিদ চহি ১২ দগী ৩১ ফাওবগী মরক অসি বাইবলদ থিব ফংখিদ্রে। মসিগী অরাংপ অসি রাসিয়াগী ফাওরব

বিদ্বান ডাঃ নোটোবিচন মরি লৈনব মফম, মাস্টারী অমসুং লাইব্রে-রিদ চংদুনা মশাগী মপুন্সি চহি নিফু মাংদুনা থিরম্মী। মমৈদা মান ভারত অমসুং তিবত্ত লাক্লুনা থিবদা ফংখি—শক রাজা শালিবাহনগী মতমদ হিমালয়দ যীশুগ উনখি। যীশু ভারত্ত চহি ১৮ লৈরম্মী। জগন্নাথ পুরী কাশ্মীর অমসুং তিবত ফাওবা চংলম্মী। হিন্দু অমসুং বৌদ্ধদগী শিক্ষা লৌদুনা নোংচুপ্ত শন্দোকখি মারম অসিদ ডাঃ নোটে বিচকী "Unkown life of Jesus" হায়বা লাইবিক অমা ফোংব্রে। (মসিগী মরমদ অকুপ্প প্রবন্ধদি অচার্য্য ডাঃ শ্রীরাম আর্য্যাগী Bible in naked form য়েংবিগনি)

"শ্রীসেলন মাগী মবান ভুমিকাদ ইবি— মহম্মদন মাগী থাজব (ধর্ম) অসি যহুদি অমদি ঈসাইদগী লৌবনি। যহুদিন পারসীশিংদগী লৌবনি অদুগ পারসীন ঈশ্বরগী জ্ঞান বৈদিক ধর্মদগী লৌবনি।" ( বিশ্ব ধর্ম দর্পন—৪১ )

কলন্দর শাহন ইলাহবাদত ফোংব 'গীতা ঔর কুরান" কৌব লাইরিক্ত ইরি – "ঋগবেদ সংসারগী খ্বাইদগী হানবা ধর্মগী লাইরিক্নি। মসিদ ইল শব্দ ঈশ্বরগীদমক্ত শিজিন্নে। ইল শব্দ অসিদগী ইলাহী, ইলোহা অল্লানচিংব শব্দ ওইখিবনি।" ( ৩২ )

Blair source of Islam first chapter of Kuran is the copy of Gatha hence some part of Kuran is the second addition of Zandavesta.

( Parsian literature by Cloud field P. 33)

( ইশ্লাম ধৰ্মগী কুৱানগী অহানব চেপ্তর অসি গাথাদগী কোপী তৌথোকপনি অস্তুম্ন কুৱানগী শরুক থরদি জন্দাবস্তাগী অনিশুব ইদিসন্নি হায়ব য়াই। )

পারসীগী অকাওব বিদ্বান খুরশেদন মাগী Zoroastrianism in the light of theosophy গী লমায় ৬৩ দ ইরি—
"পবিত্র বৈদিক ধৰ্ম অমসুং জরথুস্ত্ৰী অনি অসিগী মত অমত্তনি চপ মান্নে।"

প্রোফেসর মেক্সমুলরন 'চিপ্স ফ্রোম জর্মন রাশঁপ' কৌব লাইব্রিক্স রাহৌদোক্কী লমাই ৩৫ দ ইরি—
"পারসীশিং ফারস ত খুন্দাড্রিবৈগী মমাংদ ভারত্ত লৈরম্মী। জরথুস্ত ধৰ্ম অসি মখোয়গী মপা। মপুন ভারত্ত লৈরিবৈদ ফংলকপ জ্ঞাননি হায়ব অশেংবনি"

সর ৱিলিয়মন এশিয়াটীক রিশর্চসত ইরি—
"জন্দ ভাষা সংস্কৃত ভাষাগী লো'থোরকপ অতানব মশা অমনি"
ডারমেস্টেটরন হায় থাইন মমাংদৈ ভারত অমসুং ফারসত সংস্কৃত লোল অসিত লোম্নরম্মী মতুদগী জন্দ ভাষা ওইখিবনি।" (বিশ্ব ধৰ্ম দর্পন—১৪)

প্যারেলাল, ভার্গবগী বিশ্ব ধৰ্ম দর্পনগী লমাই ৭৬ ত The foundation of 3 religion 6-155 তগী কোটেশন অসি পীরি—

"The Koran, old testament and Bible lead us to the zend Avestha and the letter on

the Vedas of Bharat. Thence we can proceed no further and find the stream merging itself in the perpetual snows which descand from heavan".

কোরান, ওল্ড টেষ্টামেন অমসুং বাইবলন ঐথোয়বু জন্দা-বষ্টা রোমদ লমজিংই। অমসুং মমৈদ ভারতকী বেদদ থুংহল্লি। ঐথোয়ন কোইথোকলুব ভৌদন সর্গদগী লেপতন থোরকপ উনদ তিনখিব বেদগী ইচেলদ চংশিন্দুন হংব অমসুং তিনব য়াই।

বৃটিশন পাল্লিমেণ্ডে মতমদ ভারতকী বায়সরোই ওইরম্ব লর্ড কর্জনন হায়খি হিন্দু ধর্মগী মতিক মঙালগী মমাংদ ঈসাই ধর্মগী মতিক ময়াই চমগনি। (বাইবন দর্পন—১৭)

নোংচুপকী অফাওব দার্শনিক রোমাঁ রোলা হিন্দু ধর্মগী ফজব অসিদ থরাই হকচাং কৎথি অমসুং মান হায়খি—"ঐন য়ুরোপ অমসুং এসিয়াগী ধর্ম পুম্নমক অধ্যয়ন তৌরুরে তৌই-গুম্বসুং মথোয় পুম্নমক্কগী হিন্দু ধর্মতন পুমথোই থোইবনি হায়বসি খংলে। ঐগী লেংদ্রব থাজবনি মচুদি ধর্ম অসিগী মফমদ জগত অপুম্ব নোংমদি কোক নোল্লব শোইদবনি।

# ভারতকী থরাইদি ধর্মনি।

Of the west the Goal is individual independence, the language mony making educatior, the means politics of India the goal is Mukti, the language, the Veda, the means renunciation.

নোংচুপলোমগী পান্দমদি, ব্যক্তিগত স্বতন্ত্র, লন্নাই মনিং তম্বনি। লোলন শেন্দাল্লন্নীগী শিক্ষানি, মতুগী পাম্বৈন রাজনীতিনি। ভারতকীদি পান্দম্ম অরাম খুঙম, মুক্তিনি, মতুগী লোলন বেদনি; পাম্বৈ অতুন ত্যাগীনি। (স্বামী বিবেকানন্দ)

The history of India is a history of religion ভারতকী ইতিহাসতি ধর্মগী ইতিহাস অমনি। সমাজ অসিগী নীতি নিয়ম লো-আইন-রেগুলেসনশিং পুম্নমক ধর্মগী মথক্তা হৌবনি। ভারত হায়বাস অধ্যাত্মিকী ভুমি ধর্মগী লৈবাকনি। হিন্দূ পুন্সিগী থবক থৌরম পুম্নমক ধর্মন কুপশিল্লিবনি। ভারতগী ধর্ম হায়বসি লৌথোকপদা নিংশিংব হুংদ্রব; মতমদগী হুসি ফাওব ওইরকলিব অহিংব ভারত থরাই য়াওদ্রব ওইগনি। স্বামী শিবানন্দন হায় "India cannot be India without the Gita and upanishad গীতা অমসুং উপনিষদ হেক য়াওদবদ ভারত ভাবত ওইরোই। ডাঃ এনিবেসেণ্টন হায়খিব লৈঃ— ভারতগী ধর্ম হেক লৌথোকপদ ভারত লৈত্রে।

"ভারতকী সংস্কৃতি (culture) পুম্নমক ধর্মগী রাখলদ

শাগৎপনি। ভারত ধর্ম ভূমিনি, মাগী থবাই ধর্মনি। মাগী পান্সি অমস্তুং মঙাল ধর্মনি। মাগী চৎপ ফম্ব পুন্নমক ধর্মনি। ধর্মন ভারতপু ঙাকই অমস্তুং মান ধর্মবু ঙাকনি"

স্বামী বিবেকানন্দন হায়—..........the life of this nation is religion its language religion and its idea religion ·.........

"ঐখোয়গীদমক্তদি তৌব ঙম্ব পূমনমক ঐখোয়গী ধর্মদ লৈ। ইংলিসশিংন রাজনীতিন পাঙ্গে ঙৈত্নন ধর্মবু থংব ঙম্মী অদুগুম্ন অমেরিকান সমাজ সংস্কার ( so ·ial ref·rm) ন ধর্ম থংব ঙম্মী। তৌইগুম্বস্তুং হিন্দুদি ধর্মদগী রাজনীতিবু থংব ঙম্মী ধর্মগী মনুংদ সোসিওলোজী লাকনি, পূমনমক ধর্মগী মনুংদ লাকই।"

"....- We know that to the Indian mind there is nothing higher then religious ideals that this is the key-note of Indian life and can only work in the line of least resistance.

## ধর্ম শোকন্নু

পাঠান শাগৈন ভারত হঙ্গিন হঙ্গিন কয়ারক লাকখি তৌইগুম্বস্তুং মখোয়ন ভারত লৈবাক লিংখত্তুন লৈতান লৈবদি শুকঙম ঙমখিদে। করিগনো? মরমদি মখোয়ন হিন্দুগী ধর্মবু থুগাইনব হোৎনরুই। অদুগ মোগোল সম্রাজ্যন কয়াদ মরা চেংন মপাঙ্গল কম পাল্লম্মী। করিগীনো মরমদি মোগোলন

হিন্দুদি ধর্মবু শোকপ য়াদে হায়বসি খংন চৎলম্মী। মসিমসু ক্যাওরোইদবনি — মোগোল সম্রাজ্য করম্ন লৈখ্রা তাখি? ঔরঙ্গজেবন মপা মপুগী পোলিসি থাদোক্তুনা হিন্দুগী মায়োক্ত ধর্ম মুথৎনব হোৎনরুই। মদুগী ফলন মোগোল সম্রাজ্য অপুম্বগী অচৌব মোংফম অম ফংজখি।

ব্যাসন ভারতপু "আরনন্দন" য়েরববু নুঙাইহনব কৌরম্মী। য়েকনব লখা লখান মাবু মাংননব হোৎনজ্রে মখোয় খুদিংমকপু মান অফবতন লমন খুমডুন তরাম্ন ওকপী অমসুং সেবা তৌবীদুন নুঙাইহল্লি। সংসার অসিদ মবুক ফব অমসুং পুকচেল তপ্পগীদমকত (the mild Hindu) হিন্দু ফাওই। 'The Hindu will be fouud head and shoulders above all other natious in the world" লমচৎকী লম-জেন্দ পৃথিবী অমুম্বগী জাতি পুম্নমক্তগী হিন্দুন মাংত থাদুন লৈগদবনি। অসুম্ন মবুক ফমাল্ল হায়দুনসু মখোয়গী থরাই ওইরিব ধর্মবুদি খক শোকলুগনু।

স্বামী বিবেকানন্দন লাওখ —

**Leave that point untouched and do whatever you like, the Hindu is quite unconcerned and keeps silence; but if you run foul of him there, beware, you court your ruin. Rob him of everything he has. kick him, call him a "nigger" any such name, he does not care much; only keep that one gate of religion free and unmolested.**

## অমর ভারত

"গ্রীক্কী চাওরব লাম্নী তেঙ্গোলন চৎপগী ঈনিলদ পৃথিবীসি থক থক নিকপ মতম অম লৈখরে। মরী মচা অমফা লিননব থম্লমদন পৃথিবীগী লৈমায়দগী মূৎখরে। থাইনগী অরিব গ্রীক্কী লৈবাক অদু শিখবে রোমান ঈগলন পৃথিবী শিন্দুংন তাওথোকপ, মফম খুদিংমক্ক রোমগী শক্তি শন্দোকপ অমস্তুং মীওইব জাতিগী কোকথক্ক নন্থব; রোমগী মিংদ পৃথিবী অসি নিক্কুন খাংব মতম অম লৈখরে। তোইগুম্বস্তুং (মখোয়গী হৌরকফম মক) কেপিটোলিন হিল (Capitoline Hill) অমাং অতা উৎকী মপৈ ওইখরে। সিজর Ceasar শিংন পালম্ব কোম্নুংশিংদো লপকাং চাদুন মীরাং মহুম শাজিল্লে।" (বিবেকানন্দ)

অতোপ্প লৈবাক কয়ান লৈবাক অসিগ মান্নন মতিক মগুন মঙাল কয়া কয়া লৈনরম্মী। মখোয় খুদিংমক কিন্থদুন মথং মথং লৈখা তানখ্রে। তমথিব সাসনগী মথাদ ঙাইহাক্কং থাংবদ পুংজা থরগী মমুংদ খুইথদুন লৈমন চনখ্রে। কেমখ্রে।

মহম্মদনন চহি ৭০০ লৈবাক অসিবু নৈথাইবনি। বৃটিশন চহি ২০০ নেত্তূন থম্বনি। অরৈবমখৈ লুট তৌখ্রবনি। চহি ৯০০ তমথিন নমথদুন নোইথাইরম্বদস্তু ভারতকী সংস্কৃতিদি তনৌ তনৌন য়েন্নিং হুন্দূন লৈরি।

"Temple after temple was broken down by the foreign conqueror, but no sooner had the wave passed then the spire of the temple rose up again".

লৈবাক অয় তোব লাকপশিংন কাইশং কয়া কয়া থুগাইজে কেক লোইবগা অমুক হেক্ত শাগৎলি। সোমনাথকী মন্দির কয়ারক হয় থুগাইখি কয়ারক হয় শাগৎলি। মৈহৌরোল-দগী শুসি ফাওব ভারতকী শকতম কাইদন লেপলি। বিবে-কানন্দন হায়খি মসুন শুসি অমুক মাগী লৈকোল ভারত ভূমি অসি য়েংব লাক্লবসু মাগী হায়গী থুৎশেম অদু ইকাই কাইদব ফংগনি।

স্বামী শিবানন্দন হায়—

'The civilizations of ancient Egypt, Assyria, Babylon, Greece and Rom have faded out; but the ancient civilization of India lives through ages'

ইজিপ, এসেরিয়া, বাবিলন, গ্রীস অমসুং রোমগী খাইনগী সভ্যতাশিং থুইদুন লৈমন চনখরে। তোইগুমসুং ভারতকী কুইরব সভ্যতাদি যুগ যুগ খুদংদ হিংদুন লৈরি। ভারত অমরনি।

The Veda is the oldest scripture. The Ramayana is the earliest Epic. The Mahabharat is biggest Epic in this world; The Yogavashishta is a wonderful book in this world. Swami Sivananda

'সংসারদ বেদন খ্বাইদগী লিরব লাইরিক্রি। রামায়না খ্বাইদগী হানব কাব্যনি। মহাভারতন পৃথিবীগী মনুংদ খ্বাইদ চাওব কাব্যনি। যোগবাষিষ্ঠ মালেম অসিদ অঙকপ ফং লাইরিক অমনি। স্বামী শিবানন্দ সরস্বত

পন্দিৎ মেক্সমুলরন মাগী "প্রাচিন সংস্কৃত সাহিত্য ইতিহাস" কৌব লাইরিক্ত ইরি "ঋগ্বেদন পৃথিবী অসি খ্বাইদগী হেন্ন কুইরব লাইরিক্রি"। কলন্দর শাহন গীতা অমস্থ কুরান" কৌব লাইরিক্ত হ য়রি—"ঋগ্বেদন সংসারগী মনুং লিরব ধর্মগী লাইরিকনি"

"ডাক্তর ফিলিণ্টসন হায় চহি লিশিং লিশিংগী মমাং অসিগুম্ব মী লৈরমলে মতুদি য়াম্ন চম্ব অরাইব রাহৈদ ঈশ্ব সর্বশক্তিমান নি হায়ন লাওরম্ব। বেদদ জ্ঞান অসিগী ম ফংই। ঐন মসি থাজব ঙমদে ঈশ্বরগী মরমদ অনৌব জ্ঞা অমুক থিজুন পুথোকপ ঙমগনি হায়বসি।"

তত্ত্বজ্ঞানী মাতুলিংন 'গ্রেট সীক্রেট" কৌব লাইরি ইরম্মী— হিন্দুগী গ্রন্থন খ্বাইদগী লিরবনি হায়ব অসিদ চিং নিঙাই থক লৈতে। থোইদোক হেন্দোকন লিরব পরম্পর শিংদন খ্বাইদগী হেন্ন প্রমানিক ওই।

নোংচূপকী বিজ্ঞান দল্লু ডী ব্রাউনন 'দি সুপরিয়রি আফ বৈদিক রিলীজন" কোব লাইরিক্ত ইরি—
"বৈদিক ধর্ম মপুং ফারব বৈজ্ঞানিক ধর্মনি। মসিদ ধ

অমসুং বিজ্ঞান খুৎক খুৎক শম্নদুন চৎলি! মসিগী ধর্মগী সিদ্ধান্তদি বিজ্ঞান অমসুং দর্শন (ফিলাসফী) ন যোম্বনি।

'দ বাইবিল ইন ইন্দিয়া" চেপ্তর ৮গী পেজ ১৮৬ ত লেখক জাকোলিয়টন হায়রি— কয়াদ ঙকপ অমসুং অচুম্ব ওইরিব! মদুদি হিন্দুগী চৎনরিব অভিমত (চৎনরোল বাখল) অসি ঈশ্বরগী ওইব জ্ঞানশিংগী মমুংদ হৌজিকী বিজ্ঞানগ অদুম চানদুন লৈরব সিদ্ধান্তশিংনি।

আলেকজ্যেন্দরন ভারত্ত লৈরিঙৈদ রামায়ন অমসুং মহা-ভারত তারম্মী। মদুন মাগী পুস্সিদ লাইরিক অসি খ্বাইদগী হায় থেংনবনি। বারী তারগ মান অঙকপগ লোইনন হায়-রম্মী "মসিদি ঐখোয়গী গ্রীকী "ঈলিয়ত অমসুং ওডেসি" দগী শিন্দোকপ বারিনী' থিগৎনরকপ মতমদ "ঈলিয়ত অমসুং ওডেসি' খৃষ্ট মমাং চহি ১২০০ দ ইবনি। মসিবু ইরিব কবি হোমরন পোকত্রিঙৈদ চিন্নানচিংব পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্ত রামায়ন্দী ফাওব্রবনি। মমৈদ আলেকজ্যেন্দরন 'য়ুনানগী কবি হোমরন রামায়ন মহাভারত্তগী ইলিয়ত অমসুং ওদেসি' শেমদোক্লগ ইখিবনি হায়বসি য়াদুন তুমিন্ন লৈখিরম্মী।

নোংম মহাত্মা গান্ধিন লন্দনগী খ্বাইদগী চাওব পুস্তকালয় অমদ চংদুন লাইব্রেরিয়ন অদুদ হংলম্মী—What spiritual book was issued frequently? অধ্যাত্মিকী লাইরিক্ত করিন খ্বাইদগী তোইন পানবগে? লাইব্রেরিয়ন অদুন খুম-লকখি It was Gita মদুদি গীতানি।

পৃথিবী ফাওরব জর্মন ফিলোসোফর সোপেনহয়ার (Shopenhour) না অকনব খাজবগ লোয়নন হায়রম্মী—

The Vedanta has been the solace of any life. It will be my solace after my death.

ঐগ পুন্সিগী পোৎখাফম শান্তিদি বেদান্তন ওইরকলি। মসিন ঐগী শিরদ মতুংদসু ঐগী শান্তি পিবীব ওইগ'ন

ভারতকী সংস্কৃতিবু ভাকপন ঐখোয়গী অমত্ত ওইরব ইথৌনি। ভারতকী অনিংববু খক শোইহনব য়াদে। গান্ধিজীনা হায়রম্মী— "If India fail, Asia dies" ভারতন হেক শোইবদ এসিয়া শিরে।

## হিন্দু ধর্ম শাস্ত্রগী অসুপ্প লৈরি অমতং

হিন্দু ধর্ম শাস্ত্রদ ইরিব লোলদি দৈব ভাষা সংস্কৃতনি। সংস্কৃত সাহিত্য অসি আর্ষ অমসুং লৌকিক হায়দুনা মখল অনি থোক্ন থাইদোকই। শ্রুতি, স্মৃতি, ইতিহাস পুরান, আগম অমসুং দর্শন তরুক অসি আর্ষগী মচুং চল্লি! অদুগ সুভাষিত, কাব্য, নাতক অমসুং অলঙ্কার অসিন লৌকিক কাংলুপকী মচুং চল্লি।

### শ্রুতি

শ্রুতিনা আর্ষ বর্গগী মচুংদ থাইদগী অথোইবনি। মসিবু বেদ নত্রগ আম্লায়সু কৌই। মসিন হিন্দু ধর্মগী

হৌরককফম ইকুৎনি। বেদ মন্ত্রশিং অসিগী অথুপ্প খংব মীশিংবু ঋষি নত্রগ দ্রষ্টা কৌই। বেদ অসি ঋষিশিংন লাই তোংজুন ধ্যান্দ সমাধি গুইবদগী ফংলকপ জ্ঞান্নি। মী মী অদুগী শ্বাথলন ইব নত্তে। মরম অসিন অপৌরুষেয়" কৌই।

বেদবু মখল মরি থোক্ল খাইদোকই– ঋগ্বেদ, যজুর্বেদ সামবেদ অমসুং অথর্ব বেদ। যজুর্বেদগী অমুক মখল অনি থোকই। শুক্ল অমসুং কৃষ্ণ। কৃষ্ণ যজুর্বেদবু তৈত্তরীয়সু কৌই। শুক্ল যজুর্বেদবু বাজসনেয়সু কৌই।

ঋগ্বেদগী মশা (শাখ) ২১ লৈ। যজুর্বেদগী ১০৯ লৈ। সামবেদগী ১০০০ (লৌশিং অম) অমসুং অথর্ববেদগী ৫০ লৈ। পুলপ পুনশিল্লগ ১১৮০ নি। বেদ খুদিংমক্কী মন্ত্র, ব্রাহ্মন, আরন্যক অমসুং উপনিষদ হায়ব খন্দ মরি অসি লৈ।

বেদগী বিষয় অসি কর্ম কাণ্ড, উপাসনা কাণ্ড অমসুং জ্ঞান কাণ্ড হায়ন অহুম থোক্ল যেন্থোকই। কর্ম কাণ্ড যজ্ঞ যাগনচিংব কর্ম তৌবগী মরমদ উৎলি। উপাসনা কাণ্ডদ পুজানচিংবগী নিয়ম ইরাং থৌনিগী মখল পী। জ্ঞানকাণ্ডদ শক্লাইদব পরমাত্মাগী মরমদ শন্দোক্ল পী। মন্ত্র অমসুং ব্রাহ্মন খণ্ড অসিবু র্কম কাণ্ড কৌই। আরন্যক খণ্ডবুন উপাসনা কাণ্ড কৌই। অমসুং উপনিষদপু জ্ঞনকাণ্ড কৌই।

ঋগ্বেদগী পুরোহিতপু হোতৃ কৌই। যজুর্বেদগী পুরোহিতপু অর্ধ্বযু কৌই। সামবেদ শক্লিববু উদগাতৃ কৌই। অদুগ পোরোহিত্ত্ব কৌই। অমদি অথর্ববেদগী পুরোহিতপুন ব্রহ্মা কৌই।

ঋগ্বেদগী ব্রাহ্মন অনি লৈ — ঐতরেয় অমসুং শাংখ্যান। শতপথ ব্রাহ্মন শুক্ল যজুর্বেদগী শাখানি। কৃষ্ণ যজুর্বেদগীসু শাখা অনি লৈ। মদুবু তৈত্তরীয় অমসুং মৈত্রায়ন ব্রাহ্মন কৌই। তাণ্ড্য নত্রগ পঞ্চবিংশ ষড়বিংশ, ছান্দোগ্য অদ্ভূত, আর্ষেয় অমসুং উপনিষদ ব্রাহ্মন সামবেদগী শাখানি। অর্থববেদগীন গাপেথ ব্রাহ্মননি। ব্রাহ্মন খুদিংগী মশাগী আরন্যক লৈজে।

বেদগী অরোইব অধ্যায়বু উপনিষদ হায়ন কৌনৈ। মসিদ তাল্লিব শিক্ষাবু বেদান্ত কৌই। বেদ পুম্নমক্কী পান্দমদি বেদান্তনি। বেদগী শাখা মশিংগ মান্নন উপনিষদকী মশিং লৈ। হায়বদি বেদ মরিমক্কী পুন্সিল্লগ উপনিষদ ১১৮০ নি।

মরু ওইব উপনিষদ ১২ নি — ঈশ, কেন, কঠ, প্রশ্ন, মণ্ডুক মাণ্ডূক্য, ঐতরেয়, তৈত্তরীয়, ছান্দোগ্য বৃহদারন্যক, কৌষীতকী অমসুং শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ অসিনি।

আয়ুর্বেদ, ধনুর্বেদ, গন্ধর্ববেদ অমসুং অর্থশাস্ত্র মরি অসি উপবেদ কৌই। হায়বদি বেদগী মতেং পাংব লাইরিক্নি। পাণিনিন ইব শিক্ষা অমসুং ব্যাকরণ পিঙ্গলাচার্য্যন লেংব ছন্দ য়াস্কন শেম্ব নিরুক্ত, গর্গন ইব জ্যোতিষ অমদি ঋষি কয়ামরুন্ন শেম্লম্ব শ্রৌত, গৃহ্য অমসুং ধর্ম কৌব কল্প তরুক অসি পুন্সিল্লগ বেদাঙ্গ কৌই।

ধ্বনি-বিজ্ঞান হায়বদি উচ্চারণগী নিয়ম, অমদি পদপাঠ ক্রম পাঠনচিংব তোঙানব মওং কয়াদ পাবগী হারম্নচিংব শিক্ষাদ নৈনৈ। বেদগী অর্থ খংনবগীদমক্ত ব্যাকরণ চংদব য়াদে। মসিদ

পাণিনিগী ব্যাকরন্ন অথোইবনি ছন্দ, পদগী ব্যাখাগী মিংনি। নিরুক্ত বেদগী অর্থ খংননব থোইদোকপ ব্যাকরণনি। জ্যোতিষ ত গ্রহ নক্ষত্রনচিংবগী জ্ঞান য়াওরি। কল্পদ কর্মকাণ্ডগী শন্দোক্ন নৈনব জ্ঞান হাপলি।

## স্মৃতি

শ্রুতিশিংগী হেক মথংদ হিন্দূগী মগুন নৈব ধর্ম শাস্ত্রদি স্মৃতিশিংনি। সমাজগী থোংচৎ, লিচৎ শাজৎ, নিতি নিয়ম মতম মতমতুগী মঙ্গসগী লন্বী পুন্নমক স্মৃতিদ নৈনগনি। মফম মতম অমসুং সমাজগী ফিভমগী মতুং ইন্ন স্মৃতিশিং অসি হোংদোক হোংজিন তৌগনি। মতম মতম অদুগী সমাজগী থোংচৎ থোংনৈ অমদি মফম অদুগী চৎনরোলগ চান্নব, অথংব ঋষিশিংন অনৌ অনৌব স্মৃতিশিং শেমগনি। শেমলিব স্মৃতিশিং অদু বেদগদি থক মায়োকনব ওইরোইদবনি।

মরুওইব স্মৃতি ১৮ নি। মনু, যাজ্ঞবল্ক্য, পরাশর, বিষ্ণু, দক্ষ, সম্বর্ত, ব্যাস, হারীত, শতপথ, বষিষ্ঠ, যম, আপস্তম্ব, গৌতম, দেবল, শঙ্খলিখিত্, উশন অত্রি অমসুং শৌনক স্মৃতিশিং অসিনি। মথোয় অসিবু ধর্ম শাস্ত্রসু কৌই।

তরানিপাল অসিগী মনুংদ মনুন ইব মনুস্মৃতি, যাজ্ঞবলক্যন ইব যাজ্ঞবলক্য স্মৃতি অমসুং পরাসর ঋষিন ইব পরাসর স্মৃতি অহুম অসিন অথোইবনি। ভারত সরকারগী সম্বীধান স্মৃতিশিং অসিগী মতেং লৌদুনা শেম্মী। করিগুম্ব শ্রুতিগ স্মৃতিগ মায়োকনব য়াফম লাক্লবদি শ্রুতিগী য়া লৌগদবনি। ভগবত গীতাসু স্মৃতিনি ; উপনিষদন শ্রুতিনি।

গীতা কয়ামকম লৈ। ভাগবত গীতা, গুরু গীতা, অষ্টাবক্র গীতা, অবধুত গীতা, অনু গীতা, ব্রহ্ম গীতা, জনক গীতা, রাম গীতা, সিদ্ধ গীতা উত্তর গীতা, বাষিষ্ঠ গীতা, নারদ গীতা, পান্দব গীতা, অসিনচিংব মসিগী মনুংদ শ্রীমদ্ভাগবত গীতান অথোইবনি।

## ইতিহাস

হিন্দু ধর্মগী অথুপ্প অচুম্ব সত্যবু অমদি বৈদিক সিদ্ধান্তশিংবু লিচৎ-শাজৎ অমদি রারি-রাতাইদ, পুন্সি অম ওইন য়েকথোক্নুন ইতিহাসন উৎলি।

বাল্মীকিগী রামায়ন, যোগবাশিষ্ঠ মহাভারত অমসুং হরিবংস মরি অসিবু ইতিহাস কৌনৈ। ইতিহাসপু স্মৃত সংহিতাসু কৌই।

উপনিষদ অমসুং ব্রহ্মসুত্রগী অথুপ্প জ্ঞানবু থংবদ রাব জনসাধারনগীদমক্ত থংব ওয়্যনব দৃষ্টান্ত অমদি উপদেশক লোইনন য়েকতুন বাল্মিকী অমসুং ব্যাসন রামায়ন অমসুং মহাভারত রচনা তৌই। লাইরিক অনি অসি কাব্যদ ইবনি। লাইরিক অনি অসি হিন্দু সমাজগী নিতি নিয়ম শমজিং ওইব লাইরিক্লি। ইতিহাসকী রারিশিং অত্তাংদগী পন্দিৎশিং ফাওবন য়াম্ন পামনৈ। মহাভারতন পৃথিবীগী মনুংদ থাইদগী চাওব কাব্যনি। রামায়ন থাইদগী হানব কাব্যনি। যোগ বাসিষ্ঠ পৃথিবীদ আত্মজ্ঞানবু য়েকপদ অঙকপ ফংব লাইরিক্লি।

## পুরান

পুরানস্থু ইতিহাসক্ক মাম্নন মতিক মগুন লৈ। মখোয় অসিস্থু স্মৃত সংহিতাগী মন্নুং চল্লি। যুগ যুগতা পুরান পুখোকপ সংকলন কার্তাবু ব্যাস কৌই। যুগ অসিগী ব্যাসতি পরাশর ঋষিগী মচা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসনি।

বেদগী ধর্মবু রারিদ্র রাতাইদ খুদম উত্নূন মীওইবক্ক অরায়ব মওংদ খংহন্দুন ভক্তি ভাব চংহনবন পুরানগী পান্দমনি। দর্শন শাস্ত্রগী অথুপ্প অকব সাধারন মী পুম্নমক্ক খংবদ রান থোকই। পুরান্দ মী খুদিংমকন খংব ঙম্মী। পুরানগী মন্নুংদ দর্শনগী অথুপ্প জ্ঞানশিং অরাইব মুক্কাইরব রারিন য়োমদুন মতাং মতাংদ চেংন কিশি কিদুন থমলি। মদুবু খিরকপশিংন খংননব অমদি কিশি থোক্কুন অর্থ হন্দোক্লগ দর্শনবু খংননব পুরান্দ অঙকপ নোকনিংব শক্তম কয়ামরুম য়েক্লিব অমস্থুং ওইখোক্কব মানব রারি কয়ামরুম বর্নন তৌরিব অদু-গুম্ন মতাংশিং অদুদ অধ্যাত্মিক দর্শনগী কিশিশীং অসি য়াওরবনি। ধর্মবু লায়ন ১স্থুং অরাংব শিক্ষা পীবন পুরানগী লক্ষনি

মহাপুরান ১৮ নি— বিষ্ণু, নারদীয়, ভাগবত, গুরুড়, পদ্ম, বারাহ, ব্রহ্ম, ব্রহ্মাণ্ড, ব্রহ্মবৈবর্ত মারকণ্ডেয় ভবিষ্য, বামন, মতস্য, কুর্ম, লিঙ্গ শিব, স্কন্দ অমস্থুং অগ্নি তরা-নিপাল অসিনি মখোই অসিগী মন্নুংদ তরুক অমন সাত্বিকনি, ভগবান বিষ্ণুবু সমর্থন তৌবনি। তরুক অমন রাজসিকনি ভগবান ব্রহ্মাগী সমর্থন তৌবনি। তরুক অমন তামসিকনি, ভগবান মহাদেববু সমর্থন তৌবনি।

পুরানশিংগী মমুংদ থ্বাইদগী অথোইবদি ভাগবত অমসুং বিষ্ণু পূরাননি। চণ্ডি হায়বসি মার্কণ্ডেয় পূরানগী শরুক অমনি। ঈশ্বরবু মাতৃভাব ইমা ওইন নিংনবগী নিয়মনি।

উপ-পূরান ১৮ অম লৈরি। মখোয় অদুদি সনত্কুমার, নরসিংহ বৃহন্নারদীয় স্বরহস্য, দুর্বাসা, কপিল, বামন, ভার্গব বরুন কালিকা, সাম্ব, নন্দী, সূর্য্য, পরাশর, বসিষ্ঠ দেবী ভাগবত, গনেশ অমসুং হংস পূরান ১৮ অসিনি।

## আগম

আগমশিংদ ধর্মগী ব্যাখা অমসুং উপাসনাগী চৎনরোলগী মরমদ হেন্না নৈনৈ। হিন্দু ধর্ম শাস্ত্রগী য়াম্না চৎনব শরুক অমনি। আগমশিংগী তন্ত্র, মন্ত্র অমসুং যন্ত্র হায়ব কাংলুপ অহুম লৈ। মন্দির সেবা মূর্তি পুজানচিংব বহিরঙ্গ উপাসনাগী বিধি তাকপনচিংব আগমশিংদ হেন্না বন'ন তৌই। জ্ঞান যোগ, ক্রিয়া অমসুং চর্যা আগমগী মনুং চনব বিষয় মরিনি।

অচৎ চত্ত, জগতকী অথুপ্প, মোক্ষ ভক্তি, ধ্যান, মন্ত্রগী অথূপ্প, তান্ত্রিক রেখাশিং মোহিনী বিদ্যা, মন্দির লিংথৎপগী কলা গৃহস্থ ধর্মগী নিয়মচিংব, সমাজিক রিতি রিরাজ মী পুন্নমকী ওইব তিথি ব্রতনচিংব নৈনব আগমগী মনুংচনব বিষয়নি।

আগমগী খণ্ড অহুম লৈ— বৈষ্ণব, শৈব অমসুং শাক্ত হিন্দূ ধর্মগী মকওইব সম্প্রাদায় অহুম অসিন মসিগী মায়কৈ অমসুং মায়ওন য়েংদুনা চৎনৈ। বিষ্ণু উপাসক বৈষ্ণবশিংনা

বিষ্ণুগী মহিমা বর্ণন তৌব পাঞ্চরাত্র আগমশিংগী পাওতাক মতুং ইন্না চৎনৈ। মখোয়বু বৈষ্ণব সম্প্রদায় কৌই। মহাদেবগী মহিমা অমদি স্তুতিশিং তৌদুনা মহাদেবনা তুংনফম ওইরগ শেম্ব শৈব আগমশিংগী মতুংইন্না চৎপশিংবু শৈব সম্প্রদায় কৌই। শক্তি আগমগী মতুংইন্না চত্তুনা ঈশ্বরবু সংসারগী লৈশেম লৈঙাকপী শক্তিনি হায়না ইমাগী মওং বিশ্বজননী ওইনা অরাধনা তৌবশিংবু শাক্ত সম্প্রদায় কৌই।

বৈখানস, পাঞ্চরাত্র, প্রতিষ্ঠাসার অমস্যুং বিজ্ঞান ললিত মরি অসি বৈষ্ণব আগমনি। ব্রাহ্ম, শৈব, কৌমার বাষিষ্ঠ কপিল গৌতমীয় অমস্যুং নারদীয় তারেৎ অসি পাঞ্চরাত্রগী মখলনি।

মসিদ শরুক (ভাগ) ২১৫ লৈ। মদুগী মনুংদ ঈশ্বর পৌস্কর পরম সাত্বত, বৃহদ-ব্রহ্ম অমস্যুং জ্ঞানামৃতসার সংহিতাশিং অসি মরুওইবনি।

শৈব আগম ২৮ নি। মদুগী মনুংদ কামিক অখোইবনি। শাক্ত আগমশিংগী মনুংদ মহানির্বান, কুলার্নব, কুলসার, প্রপঞ্চসার, তন্ত্ররাজ, রুদ্রয়ামল, বিষ্ণুয়ামল অমস্যুং তোডল তন্ত্র মসিন মরুওইবনি।

আগমগী লাইরিক কয়ামরুমশিংগী মনুংদ ঈশ্বরসংহিতা, অহির্বুধ্ন্য সংহিতা, সনতকুমার সংহিতা, নারদ পাঞ্চরাত্র, স্পন্দন প্রদীপিকা অমস্যুং মহানির্বানতন্ত্র মরুওইবনি।

## দর্শন

হিন্দু ধর্ম সাহিত্যগী বৌদ্ধিক পক্ষ বুদ্ধি অমদি রাখল য়াম্ন চংব শরুকশিং, দর্শন শাস্ত্রগী মনুংদ লাকই। পুরান ইতিহাস ১সুং আগমশিংদি জনসাধারনন থংব উন্মী। অদুগ দর্শন শাস্ত্রদি সুপনগী বিদ্বান পন্দিৎশিংতন নৈনব উন্ন বিষয়নি। রাখল থৌব, বুদ্ধি লৈব অমসুং তর্ক শক্তি লৈব মীশিংতন দর্শন নৈনব অমসুং তম্ন উন্নগী পাত্র ওই।

দর্শনশিং অসি সুত্রদ থম্মনি। সুত্র হায়বসি খ্বাইদগী য়ামদন পিকশিল্লব ময়েক থরদ মপুং ফাব অর্থ হাঙজন্দুন থম্লবু সুত্র কৌই। ঋষিশিংন মখোয়গী অনুভবশিংবু উন্নমথৌ পিকশিল্লগ খ্বাইদগী য়ামদ্রব রাহৈ থরদ হাপচিল্লগ থম্লম্মন। মসিবু থংহন্নবগীদমক্ত ভাষ্যকারশিংন তিকা, টিপন্নী অমসুং নৈনবনচিংব পোৎচং কয়ামরুম পিনৈ।

হিন্দূ ধর্মগী দর্শন তরুক্নি। মখোয় অসিবু ষড়দর্শন হায়ন কৌনৈ। মখোয় অসি বেদগী সিদ্ধান্তদ তুংনফম ওইবনি মরম অসিন বৈদিক দর্শন কৌই। বেদদ য়ুম্ফম ওইদ্রব ভারতকী দর্শন অহুম অম লৈরি — মদুদি চাবার্ক, জৈন অমসুং বৌদ্ধ দর্শন অসিনি। মখোয় অসিবু অবৈদিক দর্শন কৌই।

গৌতমন লেংব ন্যায়, কনাদ মুনিগী বৈশেষিক কপিল মুনিগী সাংখ্য, পাতঞ্জলি মহর্ষিন ইব যোগ, জৈমিনিগী মীমাংসা, অমদি মহাত্মা বেদব্যাসকী বেদান্ত তরুক অসি হিন্দু দর্শননি। ন্যায়গ বৈশেষিক, সাংখ্যগ যোগগ অমসুং মীমাংসা বেদান্তগ

মথোয় অনি অনি অসিগী সিদ্ধান্ত নৈ, মাইে।

দর্শন খুদিংমকী সুত্র লৈজে মতুদ পীব ভাষ্যা, বৃত্তি, বার্তিক, ব্যাখান টিকা অমসুং টিপ্পনীসু লৈজে।

মীমাংসাবু পুর্ব মীমাংসাসু কৌই। অদুগ বেদান্তবু ব্রহ্ম-সুত্র নত্রগ উত্তর মীমাংসাসু কৌই।

# লৌকিক সাহিত্য

## সুভাষিত

গদ্য নত্রগ পদ্যদ ইব পাওতাক থম্ম হাপলব সুক্তি-শিংবু সুভাষিত কৌই। খুদম ওইন ভর্তৃহরি ঋষিগী শতক অহুম, সুভাষিত রত্ন ভান্দাগর সোমদেব ভট্টগী কথাসরিত্ সাগর, ক্ষেমেন্দ্রগী বৃহত কথামঞ্জরী, পঞ্চ তন্ত্র, হিতোপদেশনচিংব লাইরিক অথোইবনি।

## কাব্য

রারেং শৈরেং নত্রগ চম্পুদ ইব অৱাংব থাক্কী ফিদম্মফম ওইরব লমচৎশিংন লৈতেংব কৃতিশিং কাব্যগী কাংলুপ্ত চল্লি। খুদম ওইন কালিদাসকী রঘুবংশ, ভারবিগী কিরাতার্জুনীয়ম মাঘগী শিসুপালব ধম্ শ্রীহর্ষগী নৈষধীয় চরিতম বানভট্টগী কাদম্বরী অমসুং হর্ষচরিতনচিংব অসিনি। চম্পু রামায়ন অমসুং চম্পু ভারতসু মসিগী মনুংচনব অফাওব লাইরিক্নি।

## নাটক

শৃঙ্গার বীরনচিংব রস কয়ামকম হাপ্তুনা ইব নাটক কয়া-মরুমস্থ লৈরি। মদুগী মন্নুংদ কালিদাসকী অভিজ্ঞান শকুন্তলম ভবভূতিগী উত্তর রামচরিতম, বিশাখদত্তগী মুদ্রা রাক্ষস অসিন চিংবন অথোইবনি।

অদুগ মাপলশুব শান্তিরস হায়ব রস অসিদদি কনা অমত্তনস্থ নাটক ইব ঙম্মদ্রি। মসিদি কবিগী রাংমদ লৈবনি। মোক্ষ ফংলব যোগীশিংত্তন রস অসিদ তাওদুন শান্নব ঙম্মী অমস্থুং মসি বর্নন্ন ফোংদোকপ ঙমদে।

## অলঙ্কার

লোনবু থোৎ নৌশন্নব অমদি ফজহন্নব শেমলিব সাহি-ত্যশিং অলঙ্কারগী মন্নুং চল্লি। মম্মটকী কাব্য প্রকাশ অমস্থুং জগন্নাথকী রস গঙ্গাধর অফাওব অলঙ্কারগী লাইরিক্লি।

য়ান্ন শমন সংস্কৃত সাহিত্যদ হিন্দু ধর্ম শাস্ত্রগী লৈই অমতং উবিরে। লৌকিক অমস্থুং পরলৌকিক সাহিত্য অসিন পুন্ন হিন্দূ ধর্মবু শোগৎতুন থমলি।

## হিন্দু সম্প্রদায়

হিন্দূ সনাতন ধর্ম অসি, মখেল পুন্নমক্ল লৈতেংলব চাক-লেনগুম, অমদি লৈরাং মখল শুন হৌরব লৈকোলগুম তোঙান তোঙানব অমস্থুং খেন্নব পুকনিং কয়াগী অপান্ন ধর্ম পুন্নমকন পুল্লব পৃথিবীদ লৈরিব ধর্ম পুম্বগী অপ নব

শক্তম, অচৌব ধর্ম অমনি। মসিদ কাংলুপ সম্প্রদায়, অমদি পন্থী মশিং নায়দন য়াওরি। যুগ-যুগ অদুগী ঋতুগ চায়ন অনৌ অনৌব য়েম্নিং চোংতুন বসন্ত ওইবত নত্তন মতম মতম অদুদ যুগ পুরুষ ধর্ম গুরুশিংন অরৎপ লৈতন সনাতন ধর্মগী লৈকোল অসি লৈখোং শেংদোক্লগ অনৌ অনৌব মতমগী লৈরাং কয়া কয়া থাজিন্দুন সংসারদ খ্বাইদগী চাওব অমসুং ফজবা ধর্মগী লৈকোল ওইহল্লক্লি।

হিন্দু ধর্ম অসি চাওরাক্ল বর্গ কাংলুপ অহুম থোকন খায়দোকপ য়ায়। মদুদি—বৈষ্ণব; বিষ্ণু অমসুং মাগী লাং-ওনশিং নীংব। শৈব—শিব অমসুং মাগী অবতারশিং লাৎপ অমসুং শাক্ত দেবী অমসুং মাগী শায়ওনশিং নীংব অসিনি।

## সৈব সম্প্রদায়শিং

বড়মা, বৃহচরনম্ বাতিমার অষ্টসহস্রম, চোলিয়া, নত্রগ পাণ্ডিমর, গুরকুল, বীর শৈব, লিঙ্গায়ত আকাসমুখী গুদবাস জঙ্গম, করলিঙ্গী নারবী, রুখাবাস, সুখাবাস, উর্ধবাহুনচিংব শৈবগী সমপ্রদায় কাংলুপ কয়া লৈখরি।

## শাক্ত সম্প্রদায়শিং

দক্ষিনী, বামী, কন্দেলিমি, কবারীনচিংব শাক্ত সম্প্রদায়শিং কয়া অম লৈখরি।

## বৈষ্ণব সম্প্রদায়শিং

বৈষ্ণব সম্প্রদায়শিংগী মখুংদ ১২ শুব শতাব্দীদ শ্রীরামা-নুজাচার্য্যন লিংখৎপ 'শ্রীসম্প্রদায়' খ্বাইদগী লিয়ে হায়ন

লৌনৈ । শ্রীরামানুজাচার্য্যগী তুংইনব (অনুয়ায়ী) শ্রীবেদান্তচার্য্যন মত খর শেমদোকখি। মদুগী ফলন সমপ্রদায় অসি উত্তরাখণ্ড বড়গল অমসুং দক্ষিনাখণ্ড-তৈঙ্গল হায়ন অ'ন থোকখি।

শতাব্দী ১৪ দ শ্রীরামানন্দন হৌদোকপ সমপ্রদায়গী মমিং রামানন্দী হায়ন খংনৈ। মখোয় রাম, সীতা অমসুং হনুমান নীংই। শ্রীবল্লভাচার্য্য ১৪৭৯ দ চমপারনদ পোকই। মান লিংখৎপ সমপ্রদায়বু বল্লভসমপ্রদায় নত্রগ রুদ্র সমপ্রদায়সু কৌই। শ্রীগৌরাঙ্গ (১৪৮৫) ন লিংখৎপ কাংলুপকী মমিং চৈতন্য সমপ্রদায় হায়ন খংনৈ। শ্রীনিম্বার্কাচার্য্যন হৌদোকপ লাইনিং পথাপ ইনব কাংবুবু নীম্বার্ক সমপ্রদায় কৌই। নিম্বার্কগী অতোপ্প মিংদি নিম্বাদিত্য নত্রগ ভাস্করাচার্য্যসু কৌই।

শ্রীমধ্বাচার্য্য (১২০০) ন লিংখৎখিব কাংলুপপু মধ্বসমপ্রদায় হায়ন খংনৈ। মাবু পুর্ণপ্রজ্ঞ নত্রগ আনন্দ তীর্থসু কৌই। সমপ্রদায় অসি ব্যাসকুট অমসুং দাসকুট হায়ন অনি অনুক থোকই।

মাসদ নত্তন বৈষ্ণবকী মমুংদ রাধাবল্লব সমপ্রদায় চরনদাসী, দাদু পন্থী, হরিচণ্ডি, কবীরপন্থীনচিংব সমপ্রদায় কয়া কয়া লৈখরি।

## ব্রহ্ম সমাজ অমসুং আর্য্য সমাজ

অনৌব যুগ অসিদসু সমাজ অমসুং ধর্মবু শেংদোকপ সংস্থা কয়া অম লৈরি। মদুগী মমুংদ ব্রহ্ম সমাজ অমসুং আর্য্য সমাজ শিংথাব য়ায়। রাজারামমোহন রায় (১৭৭০-১৮৩৩)

১৮২৮ দ ব্রহ্ম সভা লিংখৎখি। মতুংদা মহর্ষি দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুরন ব্রহ্ম সমাজ হায়না হোংদোকখি। মমৈদ অমুক কেশবচন্দ্রসেনন ১৮৯০ দ লুচিংবা মতম অমগ কাংলুপ অনি থোকখি।

শ্রীস্বামী দয়ানন্দ সরস্বতী (১৮২৮) ন ১৮৭৫ দ আর্য্য সমাজ লিংখৎখি। সংস্থা অসি সমাজ অমসুং ধর্ম সুদ্ধারকী অকনবা শক্তি অমনি।

বিশ্ব হিন্দু পরিষদ পৃথিবীদ লৈরিবা হিন্দুশিং অমসুং হিন্দুগী দর্শন অমসুং ধর্মবু মুংশিবশিংগী অপুনবা ওর্গেনাইজেসননি। সংস্থা অসিন হিন্দুত্ব অমসুং হিন্দু ধর্মবু অমুক নোনা য়াকাইখৎনবগী প্রচার তৌরি।

শ্রীমতি বালবাস্কে অমদি এনিবেসেন্টকী লুচিং মথাদ আমেরিকাদ থিওসোফিকেল সোসাইটি লিংখৎখি। মসিগী হেড কাটরদি মাদ্রাজদনি। স্বামী বিবেকানন্দন লিংখৎপ ‘রামকৃষ্ণ মিসন” স্বামী শিবানন্দন লিংখৎপ “ডিবাইন লাইফ সোসাইটি” মহর্ষি অরবিন্দগী “ৱার্ল্ড ইউনিয়ন” অমসুং ইন্টরনেশনেল কৃষ্ণ কন্সসনেস সোসাইটি মখোয় অসি অন্তরজাতিগী ওইবা হিন্দু ধর্মদ য়ুম্ফম ওইবা সংস্থাশিংনি কৃষ্ণ কন্সসনেস সোসাইটি হীন্দু ধর্মগী ইকোন কোনবা সংস্থানী হায়বা য়াই।

গৌরীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী অফাওবা আচার্য্য স্বামী শ্রীভক্তিসিদ্ধান্তগী শিষ্য শ্রীভক্তিবেদান্ত স্বামী ১৯৬৫ দ আমেরিকাদ চৎখি। স্বামী অসিন অহানবদ ন্যুয়োর্কত ধর্ম প্রচারগী কেন্দ্র অম লিংখৎখি—মমিং শ্রীকৃষ্ণ ভাব প্রসারক অন্তরাষ্ট্রীয়

সংঘ" (International Society for Krishna consciousness) কৌই। মসি হৌজিক পৃথিবীগী মরুওইব মকম পুম্নমক্ক শিন্থ্রংনা শন্দোক্লি। মসিদ আমেরিকা, ইউরোপ, জপানচিংব মফমশিংদ ভক্ক লৌশীং লৌশীংন রাধাকৃষ্ণগী মন্দির লিংখৎনা শ্রীচৈতন্যগী প্রেম ভক্তিন মপুং ফারব গৌর ধর্মবু পৃথিবীদ নোঙ্কোন প্রচার তৌরি।

## হিন্দু সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী মঙাল

এতদ্দেশ প্রসূতস্য একাশাদগ্র জন্মনঃ।

স্বং স্বং চরিত্র শিক্ষেরন পৃথিব্যা সর্বমানবঃ।। (মনু)

পবিত্র ভূমি অসিদ পোকপ অখোয়ব মচাশিংন মাগী মাগী লমচৎকী মতেংন পৃথিবী অপুম্বগী মীওইব জাতিশিংবু শিক্ষা পীখি।

বৈদিক যুক্তগী ওসিফাওব পৃথিবীগী দেশ অমদি জাতি পুম্নমক্ক ভারত লাকতুনা লমদম অসিগী ধর্ম অসমুং সংস্কৃতিবু লৌতুনা মাগী মাগী দেশত শন্দোকপ; অমসুং মফম অসিগী ধর্ম গুরুশিংন দেশ পুম্নমক্ক চৎতুনা শিক্ষা পীরুব লেপ্লে লৈত্রি।

ভারতবর্ষদ অচৌ অচৌব শিক্ষাগী কেন্দ্র, বিশ্ববিদ্যালয় কয়া লৈরম্মী। মদুদ সংসারগী তোঙান তোঙানব দেশশিংদগী বিদ্যার্থী লৌশীং লৌশীং ভারত লাক্কুনা মথল কয়াগী অৱাংব শিক্ষা ফংনখি অমসুং মাগী মাগী লৈবাক্ক শন্দোকখি। বিদ্যাগী কেন্দ্রশিং অদুগী মনুংদ তক্ষশিলা, মধ্যমিকা, মথুরা, অহিচ্ছত্র, কন্নৌজ, অযোধ্যা, কাশী, পাটলিপুত্র, নালন্দা, বিক্রমশিলা,

বলভী, উজ্জয়িনী থানাকটক অমসুং কাঞ্চীনচিংব শিংথা-নিঙাই ওই। মখোয় অসিগী মনুংদসু তক্ষশিলা, নালন্দ, বলভী অমসুং বিক্রমশিলা মরি অসি থোইদোক হেন্দোক্ল চাওব শিক্ষাগী কেন্দ্র বিশ্ববিদ্যালয়নি।

স্বামী দয়ানন্দ সরস্বতিন সত্যার্থ প্রকাশত পীরি—"লৈশেমচৈদগী মহাভারতকী মতম ফাওব হায়বদি ঙসিদগী চহি লীশীং মঙাগী মমাং ফাওব মালেম পুম্নমক অসি আর্য্যশিংন সর্বভোম চক্রবর্তী রাজ্য ওইন পাম্নকই। কৰিগুম্ব অতোপ্প দেশশিং খরদন অপিকপ কাংলুপ মচা মচা (মঁাডলিক) গী নিংথৌ লৈরম্মী।"

স্বামী শিবানন্দগী Bliss Divine লমাই ২১৬ ত ইরি—"পৃথিবীগী অতৈ জাতি নত্রগ দেশ পুম্নমক্কগী চহি লীশীং লীশীং হান্না হিন্দুগী সংস্কৃতি, সভ্যতা অমসুং ধর্ম লৈরকপ্রে। নোংচুপকী মপা মপুশিংন চাওখত্তবদ থম থেংন জঙ্গলি ওই-রিঙৈদগী ভারতদি জ্ঞানী, যোগী, ঋষি, মুনি, কবি অমসুং মহর্ষিশিং, অত্মাসাক্ষাৎকার ফংলব মহাত্মাশিং অমদি অরাংব সংস্কৃতি অদুগ সভ্যতান থন্দুন লৈরক্লবনী। হিন্দু সংস্কৃতি অমসুং হিন্দু সভ্যতান মমাংঙৈদ মখোয়গী মথক্ত কুপলম্মী। গ্রীক অমসুং রোমানশিংন হিন্দুগী মতৌ তমজরম্মী অমসুং হিন্দুগী রাখলদ লুপলম্মী।"

স্বামী বিবেকানন্দগী 'Rousing call to Hindu nation' গী লমাই ১২২ দ ইরি—"অমুক্তি ভগবান মহাদেবন মাগী

বৃষভগী মথক্ত তোংদুন ডমরু য়ৈর য়ৈরদুন ভারতকী মপান্দ কোইথোকখিরম্মী। নাকল অমরোমদ চৎখিবন সুমাত্রা, বোর্নিয়ো, সেলেবস (Celebes) অষ্ট্রেলিয়া, অসুমন লাপ-থোকখিদুন আমেরিকাগী সমুদ্র থোংবানশিং য়ৌখিরম্মী। অদুগ অতোপ্প নাকল অমরোমদ অমুক অহল মহাদেব অসীন তিব্বত চিনা জাপান অসুমন লাপথোকখিবন সাইবেরিয়া য়ৌন চত্তুন মাগী যন অদু নোইনব থারুম্মী। ঙসিফাওব মদুগ চপ মান্নন থাকলি। কালি মাতাবু ঙসিস্থ চিনা অমস্তুং জপান্নচীংবদ চেকশীন্ন লাৎলি।"

লাইরিক অ সগী লমায় ২৩ দ স্বামীন হায়রি—

**"Here activity prevailed when even Greece did not exist, when Rome was not thought of, when the very father of modern Europeans lived in the forests and painted themselves blue".**

(গ্রীকন লৈত্রিতৈ, রোমন হাখল থনব হৈত্রিতৈ নোংচূপকী মপা মপুশিংন জঙ্গলশিংদ লৈদুন হামুক হানায় পুংতৈ তৈশিন্নি-তৈ, মতম অদুদ মফম অসিদদি ( ভারত ) মতিক মঙালতন লংলবনী।

কর্নল টাড'ন রাজস্থানগী ইতিহাসত হায়রি—মহাভারত লানগী মতুংদ শ্রীকৃষ্ণগী শাগৈগী মুপাশিংন সংসারগী মফম কয়াদ চাইদুন চৎনখি। মখোয়গী মমুংদগী থবন নোংচুপ্ত চৎখিদুন খুল্লিংখি; থবন মহাভারত লান্দ শিখি। লেমহৌব থব্র অদুন ভারত লৈহোই।" (বিশ্ব ধর্ম দর্পন—৯)

ফ্রেন্স. বিদ্বান লুই জাকোলিয়ট (Louis jacolliot) ন খৃ: ১৯২৬ দ 'La Bible dans L' inde' (ভারত্ত বাইবল) হায়ব লাইরিক অমু ইথি। মতুদ বিদ্বান লেখক সংসারগী মরু ওইব বিচার ধারা পুম্নমক আর্য্যগী রাখল ইচেলদগী লৌখোকপনি হায়ন ইরি। অমসুং মান ভারত ভুমিবু মীওইব জাতিগী পলেম অপোকপী জন্ম দাত্রী (Cradle of Humanity) নি হায়ন শীংথারি।

হে প্রাচীন ভারত ভুমি। মীওইব জাতিগী পলেম অপোকপী খুরুমজরি। ইরাৎনফম ওইরবী মাতৃভুমী! শতাব্দী কয়া কয়াগী শারমচৎশিংন লান্দাডুন তমথিন নৈরক্রবদস্তু ঙসিফাওব অকাও লৈরোলগী মখাদ নমথব ঙমদ্রিবী। শ্রদ্ধা প্রেম কাব্য অমদি বিজ্ঞানগী পিতৃভুমি পোক্রফম পন্তৌ! নংবু অভিবাদন তৌজরি। নোংচুপ ঐখোয়গী লাকদব তুংগী পুন্সিদ নংগী হৌব্রববু হল্লকনব মঙ্গল শৈথানব ওইসনু।

"Land of ancient India! Cradle of humanity hail! Hail. revered motherland. Whom centuries of brutal invations have not yet buried under the duet of oblivion. Hail Fatherland of faith of' love of poetry and of science; may we hail a revival of thy past in our western future"

(প্রাচিন ভারতমে গোমাংস এক সমীক্ষা ৩১)

# ধর্মগী মচং

(ধর্মগী পোকফম)

কথমুৎপদ্যতে ধর্মঃ কথং ধর্মো বিবর্ধতে।
কথং চ স্থাপ্যতে ধর্মঃ কথং ধর্মো বিনশ্যতি।
সত্যেনোৎপদতে ধর্মো দয়া ধ্যানেন বর্ধতে।
ক্ষময়া স্থাপ্যতে ধর্মো ক্রোধ লোভাদ বিনশ্যতি।।

কমদৌন ধর্ম পোকলকই, করম্ন ধর্ম চাওখৎলি, করিন ধর্মবু য়োকই করিদগী ধর্ম মাংই। অচুম্বদগী ধর্ম পোকলকই। দয়া ধ্যান্দগী চাওখৎলি। ক্ষমান য়োক্কুন থম্মী, ক্রোধ লোভদগী মাংই।

অচুম্বদগী ধর্ম পোকখিবনি। "সত্যম ধর্ম সনাতনম্" অচুম্বদি সনাতন ধর্মনি। "নাসৌ ধর্মো যত্র ন সত্যমস্তি" সত্য য়াওদ্রব ধর্ম অদু ধর্ম নত্তে। অচুম্ব চৎলিব অদু ধর্ম চৎলিবনি ধর্ম চৎলিব অদু অচুম্বমক চৎলিবনি। ধর্মদি অচুম্ব পুম্নমক্কী অচুম্বনি। ধর্মদগী হেনব অচুম্ব অম লৈতরে। অচুম্বদগী হেনব ধর্ম অম লৈতরে অমসুং অরানবদগী হেনব পাপ অম লৈতরে ।। 'নহি সত্যাৎপরো ধর্মো নান্‌তাৎ পাতকম পরম।" মরম্ন অসিন অচুম্বতন জয় ওই। "সত্যমেব জয়তে"। ধর্মতদ অচুম্ব লৈ অদুন 'যথা ধর্মস্তথা জয়" ধর্ম লৈব অদুদ জয় লৈ।

সত্যশরুপ আত্মাগী, অরেপ্প লমদি ধর্মনি। ধর্মতন অরেপ্প মরুপ অমসুং লেংদব উপালনি। ধর্মবু থৌশানবদি, মশাবু মাংহল্লব অমসুং হাৎতোকচবনি। মশাগী আত্মাবু মীনমলগ

অচুম্ব থাদোক্লগ অধর্মগী পান্বেন কান্নব কয়ামরুম ফংলিবশিং অদু তশেংন কান্নব নত্তে মশাবু মাংহজবনি। মরম অসিন যীশুন হায়—What shall it profit a man, if he shall gain the whole world and lose his own soul?" মশাগী আত্মাবু মাংহল্লগ মান পৃথিবী পুম্নমক ফংদু-নস্থ নিপা অদুগী তোংজব করিনো?

ধর্ম চেনববু ধর্মন ঙাকই

অচুম্ব অমস্থং ধর্মগী লম্বীদ চৎপ অসি ব্যবহারিক জগত অসিদ অত্তোঅশিংন য়েংবদ অহানবদদি থর বান উই। সনান মৈ চংলগ অমস্থং মুংথং চার চারগ লংব হেনবগুম থিন্দন মান হেম হেম অশেংব আত্মাগী মুংঙাইব ফংলকই। মাগী অমাংব থক লৈত্তে। 'ধর্মো রক্ষতি রক্ষিত" ধর্ম ঙাক্লিবশিংবু ধর্মন ঙাকই। সমুদ্র নৈবদ থোরকপ হুবু মহাদেবন হরাওন, অমৃতগুম্ন থকপগুম ধর্ম চেনবশিংন সংসারন থাংজমদব অরাবশিং তরাম্ন লৌশিন্লি অমস্থং নুঙাইরব সজ্যা অম ওম্বোক্লুন মথক্ত পোৎথাই। যীশুন হায়— Now have you sorrow but your sorrow shall be turned into joy"

থরাই থারবস্থ ধর্ম থাকদে।

মহাভারতন হায়—

ন জাতু কামাত ন ভয়াৎ ন লোভাত্।
ধর্ম ত্যজেত জীবিতসামি হেতোঃ॥
ধর্ম নিত্য সুখ-দুঃখ ত্বনিত্যে
জীবোনিত্য হেতুরতস্য ত্বনিত্যঃ॥

ইশাগী অপাম্ব তানবদ, নত্রগ কিবদগী নত্রগ থবাই কম্নবগী দমক্ক ফাওব ধর্বু থক থাদোকলোইদবনি। মরমদি ধর্মদি অরেপ্পনি। অদুগ অবা মুগুইদি লেপ্তবনি। আত্ম নিত্যনি অদুগ মত্রবু বন্ধন তৌফল্লিব চকচাং অসিদি নোংম শোয়দন মাংলগদব অনিত্য অমদি নশ্বরনি মরম অসিন শিব তারব ফাওবদ ঐখোয়ন থবাই কম্নবনি হায়দুন ধর্মবুদি থক থাব তৌফদে।

## অফব ওইয়ু অফব তৌ

ধর্ম হায়বসি অফব কর্মতন শেম্বনি। থংজরিবশিংগী মমুংদ অফবমখৈ তৌব, মসিম হেন্ন হেন্ন অফব থংব অমম্তুং ওইরকুবগী অথোইব ধর্মনি। অফব তৌব অদু অফব ওই। বৃহদারন্যকোপনিষদকী শ্রুতি লৈ—"পুন্যো বৈ পুন্যেন কর্মন ভবতি পাপ পাপেন।" পুন্যকর্ম তৌরগ পুন্যচেনব ওই। পাপ তৌরগ পাপী ওই। (৩/২/১৩) "সাধুকারী সাধুর্ভবতি পাপকারি পাপোভবতি।' সাধুগী থবক তৌবন সাধু ওই, পাপ তৌবন পাপী ওই। (৪/৪/৫)

ধর্মগী অশম্ব পুম্নমক অফব তৌবদ লৈ। প্লেটোন হায়— "God and the Highest Good are One" ঈশ্বর অমম্তুং অথোইব অফব অমত্তনি মরম অসিন মহাত্মাশিংন ধর্মগী অশম্ব উপদেশ পীরি—

"অফব ওইয়ু অমম্তুং অফব তৌ
Be good. Do good,

# পরোপকর

(মীগী য়ায়ফনব তোৌব)

পরহিত সরিস ধর্ম নহিং ভাঈ

পরপীড়া সম নহিং অধমাঈ। (তুলসিদাস)

অতোপ্পগী য়াংফনব (উপকার) তৌবগ মান্নব ধম অম লৈতবে। অতোপ্পগী য়ানব তৌবগ মান্নব লৈখা তাব অমুক লৈতবে। জীবশিংগী য়াইফনব তৌবন পুন্সিগী লন্মী ধর্মনি। মরমদি ধর্মগী মকুওইবা গুন পুম্নমক পরোপকারদ য়াংবে অচুম্বা 'সত্য' অহিংসা প্রেম দয়া ক্ষমা সংযম অমসুং ত্যাগনচিংবা পরোপকারদ ফংগনি সংসার অসিং ঐখোয়না পোক্লকইবা অসিগী অনি শুদ্রব মরমদি জীবগী কান্নব তৌনবগীদমক্তনি। মসুম অদুন ঐখোয়গী শাস্ত্রন হায় - "পরোপকারায় ইদম শরীরম" হকচাং অসি অতোপ্পগী উপকারদ শিজিন্নবগীদমকত্তনি।' মহাত্মা বেদ-ব্যাসন হায় - পরোপকারঃ পুন্যায় পাপায় পরপীড়নম্" অতোপ্পগী উপকার তৌবন পুন্যনি, য়ানব তৌবন পাপনি।

পরোপকার য়াংদ্রব ধম অদু ধর্ম নত্তে।

I donot believe in a God or religion which cannot wipe out the window's tears or brings a pice of bread to orphan's mouth"

Vivekananda

লুখ্রাবীশিংগী মমিত্তুগী শিন্থুরিব পীরাংবু তৈথোকপ ঙমদব লমজাশিংগী মচিন্দ চাক চথোম অম ফংহনব ঙমদব অদুগুম্ব লাই নত্রগ ধর্ম অদুদ ঐন থক থাজব লৈত্তে।

বাইবলদ যোহন হায় - If a man saith, I love God and hateth his brother, he is a liar. কনাগুম্বন ঐদি ঈশ্বরবু নুংশি হায়রগ মচিন মনাওশিংবু য়েংথিরীব মহাক অদু মীনম্ব ভাংবনি। মীগী পেন্নবব মুঙায়নব তৌবতন ভগবান ঈসামসীহগী পুন্সি পান্দম ওইখি। মান হায়রম্মী– If a man beats you on one cheack turn to him other cheack also If a man takes your coat give him your shirt also. কনাগুম্বন খজাই নামদ থূবাকন থারক্লবদি অতোপ্প অম অদুসু মঙোন্দ ওনশিল্ল। কনাগুম্বন নহাকী কোট লৌরবদি নংগী ফুরিৎসু মঙোন্দ পীথোকখো।

বৌদ্ধ ধর্মগী উপদেসসু মসিনি। সুত্ত নিপাত্তন হায়— "মমান মাগী অমত্ত ভাইজরব মচাদ নুংশিবগুম অমসুং নুন ভাক শেনবগুম বুদ্ধগী শিষ্যশিংন জীব থুদিংমক্কী মকমদ মপাল নায়রব নুংশিব লৈগদবনি। বুদ্ধ মশামক্ক ধর্ম অসিগী আদর্শ শক্লম্মী— "বহুজন হিতায় বহুজন সুখায়" মীয়ামগী কাম্নব ওইরমসু মীয়ামগী মুঙায়ব ওইরমসু।

"ঐখোয়গী চরা দান তৌথুগ ঐখোয়দ হেন্ন পাঙল লাকই। ঐখোয়গী ফিজোল অতোপ্পদ পীথুগ ঐখোয়গী হেন্ন ফজব ফংই। তৌইগুম্বসুং মসি থংবদি লুই। অশেংব অমসুং অচুম্ব ফংবন ঐখোয়গী খ্বাইদগী চাওব লনগৈ তানশিল্লে।" অসুম্ন বুদ্ধন হায়খি। যীশুগী পাওতাকসু লৈ—Blessed are they which do hunger and thirst after rightiousness for they

shall be filled" ধর্মগীদমক্তা অৱাম খোৱাং নংলিবশিং অদু য়ায়ফবনি মন্নমদি মখোয়ন মপুং ফান থনব ফংগনি।

ৱাখলন ৱাহৈন অমসুং থবকন পূকনিংন চিন্না অমসুং খুৎন কনাগুম্বা জীব অমত্তগী ফত্তনব ৱানিব তৌদব হায়ব অহিংসা ধর্ম অসি হিন্দু বৌধ অমসুং জৈন ধর্মগী য়ুম্ফমনি। অহিংসা য়াওত্রব ধর্মডু ধর্মগী লমদম শীংথাদে। 'অহিংস পরম ধর্ম" অহিংসান অখোয়বু ধর্মনি। ঐখোয় খুদিংমকন জীব পানব থিবিক্কী অৱাব কোকনব হোৎনব হায়বসি শ্রীমদ্ভাগবতকী (আদর্শনি। "প্রানিনাম তিনাশনম" ১স্নং গীতান উৎলি তৌৱিব থবক পুম্নমক জীব পুম্নমক্কী কাম্নবগী আদর্শদ তোগদবনি, 'সর্বভুতহিত্তেরতা" জীব সেবাতন অখোয়বু ঈশ্বরগী সেবানি স্বামী বিবানন্দন হায় "The noblest way to serve God is to serve man kind. Service unto man is service of God. Give they heart to the Lord and hands to the service to humanity".

ঐখোয়ন সর্গবু মালেমদ কৌথব পামলবদি মী খুদিংমক ধর্ম চেনব সাধু সন্ত ওইগদবনি। মী অমমম চাওখৎহল্লব মতম অদুদ অপুনব সমাজদি মথন্ত শেংদোকচরকনি। মী ফব্রবতদ সমাজগী সমস্যা কোকনি। ঈশিং ডাক্ত ডাইৱব সমুদ্রদ থকনব ঈশিং ফংদবগুম য়াম্মল্লব মীয়াম অসিদ মী ডাংলি। ভগবান সত্য সায়ন হায়খি - Raise the value of man and the value of everything else will come down. মীওইবগী মমল হাপকৎলু অতৈ পোৎ পুৎনমক্কী মমল হন্থখিগনি।

অহানবদ ঐখোয়ন ধর্ম চেনব অফব মী ওইখিব তায় মতম অদুদ ঐখোয়ন অতোপ্পবুস্ত ফনব ঙমগনি, জুদায়কম ধর্মদ পীরি—He who does no good in his own soul do no good to others.—মশাগী আত্মাবু ফননব তৌব ঙমদব মহাক অদুন অতোপ্পবু ফননব থক তৌব ঙমদে।

মশাগী সেবা তৌব হৈতন সমাজগী সেবা তৌগদব মীন থম্লে। মশা শেংদোক্কন মী শে দোক্কদব মীন পারে। মশাগী মরাল থিদন মীগী মরালদ দন্দী পীগদবগী খুৎলায় থাঙ্গৎতুনা ছায়ব মীন চোম্লে। মতাং অসিদ যীশুগী গম্ভীর লৈরব খোঙ্গেল ঙসিন্স লাওরি—He that is without sin among you let him first cast a ston. নখোয়গী মরক্কগী মরাল অমত্তুস্ত লৈতব মী অদুন অহানবদ মুং লংকল্লু। Blame yourself as you would blame others. Excuse others as you would excuse yourself অতোপ্পবু নংন মরাল পীবগুম (চৈবগুম) নশাবু চৈজো, নশাবু ঙাকপীবগুম মীবুস্ত ঙাকপীয়ু। মসিমক ধর্মগী মপংনি।

ঐখোয় ঐখোয়দ অরানব অশোয়ব পাপ লৈরি। মসি হায় শেংদোক্কন মীগী মরাল য়েংদুন ঙাংব অদু ধর্মগী শীংদ চন্নদে। The man who can see his own foults as he sees those of others, will soon become a great soul. মী অদুন অতোপ্পগী মরাল উবগুম মশাগী মরাল উজরব মহাক অদু থীন্দন মহাত্মা ওইরগনি। মরম অসিন অশিংবশিংন

তাকই Reform yourself first নশাবু হায় শেংদোকখো। মশাবু শেংদোক্লিব মী অদুন সমাজবু শেংদোক্লিবনি। মশাগী আত্মাগী মোক্ষ তাম্লিব মী অদু জগতকী কান্নবগীদমক্কনি। মরম অসিন শাস্ত্রন হায়—"আত্মান মোক্ষাথং জগদ্ধিতায়চ"

## স্বার্থ অখোয়বু ধর্মনি

মীওইব মশাগী ওইজব খিননবগী দমক্ক পোকপনি। ওইজব খিব স্বার্থ হায়রগ খ্বায়দ লৌনব্রিব পোৎচাক তানব অসিবু নত্তে। আত্মাগী লনশিং গুনশিং তানশিনববু খংনগনি। খ্বায়দ লৌনব্রিব অসিদ মশাবু নৈখা তাহনজব মাংহনব অর্থান, অহিংসা সত্যনচিংব লাইগী ওইব গুনশিং, আত্মাগী মরলশিং অসি তাস্লিনব মদুবু খ্বায়দগী চাওব স্বার্থ অমসুং অশেংব ধর্ম কৌই। মীওইব মশাগী মমল কাওখোকমল্লে। মশাগী দিব্যশক্তিশিংবু খংনব খিদবন পুন্সিগী অর্থ য়াওহনদ্রে। বাইবলন হায়— Know yourself নশাবু খংজো। স্বামী বিবেকানন্দন হায়—।

The old religion said that he was an athiest who did not belive in god. The new religion says that he is an athiest who does not belive in Himself.

অরিব ধর্মন হায় ঈশ্বর থাজদব মহাক্ক অদু নাস্তিকনি। অনৌব ধর্মন হায় মশাবু থাজদব মহাক অদু নাস্তিকনি।

## ধর্মাধর্ম অমসুং "অচুম অরানগী বাবেপচৈ

স্বামী শিবানন্দ সরস্বতীন মাগী লাইরিক কয়াদ মরুওইব Practice of yoga. অমসুং All adout Hinduism দ অচুম অরান লেপ্পনব কম্পাস পীদুনা তাকপীরি। relative ওইব emperical Truth ব্যাবহারিক নত্রগ লৌকিক সত্য তাইবংদ চৎনরিব অচুম্ব অসি ঐখোয়ন ফলা নত্রগ বারেপচৈশিং অসিন ওন্দুন শংবদ য়াম্ন মতেং ওইগনি।

মী থুদিংন হায়নৈ— মসিন (অচুম্ব) ধর্মনি। মসিন (অধর্ম) অরানবনি। তৌইগুম্বসুং মখোয় অয়াম্বন ধর্মন করিনো অধর্মন করিনো হায়বদি শংদে। অচুম্ব (ধর্ম) অমসুং অরানব (অধর্ম) বু বিচার তৌদুনা পুখোকপ ঙম্নব চাংয়েং বারেপচৈ অদু করিনো? থাঙাং থবক বাখল অমসুং লমচৎ অদুগী ফল মকৈন অফব ওইহল্লব মদু ধর্মনি অদুগ মদুগী পরিণামন ফত্তব ওইহল্লকপ মদু অধর্মনি। ধর্ম অদু মীওইবন লৌশিনগদব পোৎনি। অদুগ অধর্মগী মখেন থাদোক্কদব পোৎনি।

ধর্ম অমসুং অধর্ম নত্রগা অচুম্ব অমসুং অরানব হায়বসি য়াম্ন মরি লৈনব (relative terms) নি। ইরোইনন চৎপনি। তশেং তশেংন 'মসিনি" হায়না পুখোকতুনা তাকপ য়াম্ন লুই। করি করিগুম্ব মতমদ ঋষি মুনিশিং ফাওব তাংফম থরদদি অচুম্বন কদায়নো অরানবন কদায়নো হায়ব চমম্বরকই। শ্রীকৃষ্ণন হায় 'কর্ম (তৌগদব থবক) ন করিনো? অকর্ম (তৌরোইদব থবক) ন করিনো; হায়বগিদ বুদ্ধি লৈবশিংনসু করিগুম্বদ লেম্ন লক্কে। মরম অসিন ঐন নঙোন্দ কর্ম (তৌগদব থবক,

অদু তাক্কে। মতুবু থংলগ নংন কর্মগী বন্ধনদগী নাল্হোকনি। কর্ম অমসুং অকর্ম অনিমক্কী অশেংব মশক থংগদবনি অমসুং অদুগুম্ব নিষিদ্ধ (শাস্ত্রন তৌগনু হায়ন থিংব) কর্ম অদুসু মুম্ব থংগদবনি। মরমদি কর্মগী গতি অসি য়াম্ব থুপ্পনি। কনাগুম্ব কর্মন অকর্ম অমসুং অকর্মদ কর্মবু উব ঙমলিব মহাক অদু খ্বায়দগী শিংবনি।" (গীতা ৪—১৬, ১৭ অমসুং ১৮)

বৈশেষিক দর্শনগী সুত্র লেংলম্ব ঋষি কনাদন ইরম্মী "যতোভ্যুদয়নিঃশ্রেয়সসিদ্ধিঃ স ধর্মঃ" ॥২ মদুন চাওখংপ সুক্কাইব য়াইফব পুরকপ অদু ধর্মনি That which elevates you and brings you nearer to God is right. That which brings you down and takes you away from God is wrong. মদুন নংবু পুন্য চেলহনব য়াইফহনব অমসুং ঈশ্বরগোমদ নকশিনহনব অদু অচুম্বনি অদুগ মদুন নংবু লৈখা তাহনব অমসুং ঈশ্বরদগী লাপথোকহল্লব মদু অরানবনি। শাস্ত্রন তাকপ ইঙ্গিৎ মতুং ইন্ন চপচান তৌরিব মথৈ অচুম্বনি শাস্ত্রগী ময়োক্কব নত্তগ ওম্ন তৈনব তৌরব অদু অরানবনি। মসি অচুম-অরান পুথোক্কব বায়েঙ্কে অমনি। ঈশ্বরগী থৌইদ্লিন দৈবী প্রেরনা গী মতুং ইন্ন তৌরিব মদু অচুম্বনি; মদুগী ওন্ন-তৈনব মথৈন অরানবনি।

অশেংব দৈবী প্রেরনা করিনো মসি জনসাধারননন থংব য়াম্ন লুই। মরম অসিন ঋষি মুনিশিংন মীওইবন শাস্ত্রবু অধ্যয়ন তৌ অমসুং বিদ্বানশিংগী মত ইল্লু হায়রমলিবনি। মতম কুইন

চহি কয়া নিস্কাম সেবা তৌরক্রব অমসুং ঈশ্বরগী অরাধনা পূজা তৌরক্রব মহাক অদুডন মতাং অদুদ ঈশ্বরগী থৌইনাশন ইঙ্গিৎ, নত্রগ প্রেরনা অদু খংব ঙম্মী। মহাক্ মাগী অন্তরাত্মাগী খোঞ্জেনবু তাব অমসুং খংব ঙম্মী। অদুগ সাধারনগী মীশিংনদি থম্মোইনুংগী লাইপাও অসি অশেংব তাব ৰংব ঙমদে। মখোইন অশুদ্ধী ওইব শেংদব পুকনিংগী ইঙ্গিৎ নত্রগ খোঞ্জেনবু লাইপাওনি হায়ন লায় লৌখিব য়াই। অসিগুম্ব লৌনম্ব পুকনিংন মখোইবু শুমহৎতুন অমম্বদ পুখিগনি।

The work which gives elevation, joy and peace to the mind is right. That which brings depression pain and restlessness to the mind is wrong. থবক অদুন পুকনিংদ মঙ্গল অমদি য়াইফব করাও নুঙাইব অমসুং শান্তি পীরব মদু অচুম্বনি অদুগ মদুন নুংনাংব নুঙাইতব অমসুং পুকনিংবু পোৎথাদব ওইরম্বব মদু অরানবনি মসি অচুম অরান ওন্নবব অরাইব উপাই অমনি

Selfishness clouds understanding. ওইজ পাম্বগী য়াথল স্বার্থন অচুম অরান থনব ঙম্ব বিবেকপু কুপশিন্দূন থম্মী। মরম অসিন থক্তিকুং ওইরবস্ব স্বার্থবু লৈরিব মী অদুন অচুম অরান থক খংব ঙমদে। মসিগীদমক্ত য়াম্ব পুকচেল শেংব য়াম্ব কুপ্প অমসুং অথৌব বুদ্ধি দরকার ওই। গীতাদ সাত্বিক রাজসিক অমসুং তামসিক বুদ্ধিগী ব্যাখ্যা তৌরি। প্রবৃত্তি-নিবৃত্তি, কার্য্যাকার্য্য ভয়াভয়, বন্ধন মোক্ষ মখোয় অসিবু খংব ঙম্ব অদু

সাত্বিক বুদ্ধিনি। মসিবু মুকথং থংদন লৈব অদুন রাজসিক বুদ্ধিনি অদুগ ধর্মবুন অধর্ম ওইন অরানববু অচুম্ব ওইন, ওয় তৈনন অমম্বদ লায় থংব নত্রগ লৌব অদুন তামসিক বুদ্ধিনি।

অচুম্ব লম্বীদ অপনব অমম্বং য়ৈখায়ব লৈত্তন চংপদ মতেং ওইননবগীদমক্ত অশিংবশিংন পাওতাক কয়া পীরম্মী। বাইবলদ হায়রি—Do unto others in the same way as we wish others do unto us অতোপ্প ন ঐহোন্দ তৌহন্নিংব অদু অতোপ্পগী মফমদ ঐন (তৌগদবনি) তৌ। নঙোন্দা তৌহন্নিং-দব অদু মীঙোন্দসু তৌরুন্নু, উক্তি অসি য়াম্ম ফজবনি। লমচংকী মকওইব মসিদ লৈরে। মসিবু চংলিব মী অদুন অরানব থক তৌরোই। কনাগুম্বন রাখলদ রাঙাংদ অমম্বং থবক্ত নিংথিন অহিংসাবু পালন তৌদুন ঙাকন চংলব মহাক অদুন অরানব কৈদৌঙৈদসু থক তৌরোই। মরম অসিননি পতঞ্জলি মহর্ষিন অহিংসাগী মগুনবু চাওন অমম্বং রাংন থমলমলিব। যমগী অভ্যাস তৌবদ অহিংসান ইহান হায় তৌগদবনি। To give pleasure to others is right. To spread misery and pain to others is wrong. থবক অদুন রাঙাং অদুন রাখল অদুন অতোপ্পশিংগী মফমদ নুঙাইহনব ওইব মদু অচুম্বনি। মদুন অতোপ্পগী অবা অনা শন্দোকখিনব ওইব মদু অরানবনি। মসি ধর্মগী অথুপ্প তত্ত্বনি। নুমীৎ খুদিংগী পুন্সিদ অতোপ্পগী মফমদ মসিবু ইয় চত্তুন অধ্যাত্মগী পন্থু: ফ'ব ঙমগনি।

Do not perform any act that brings to you shame and fear. নংন ইকায়ব অমম্বং অকিব পোকপ

অদুগুম্ব অমত্তস্ব থক তৌকগনু। মসি ইম্ন চৎলগদি নংবু অরান-বগী কনবীগনি। বুদ্ধিদ ফল তারব অমস্তুং থমুগী লাইপাও (Conscience) তঙ খোংফম চেংন থাজন থবক চৎথো। অদু ওইববদি নহাক মতম পুম্নমক্কী ওইব অশেংব মুডাইব অদু লৈগনি।

লৌকিক ঐন অতোপ্প মচং ওইব পোইন্ট থরস্থ কায়গে দেশ কাল পাত্র অমস্তং ব্যবস্থ থৌওং থৌদাগী মতু ইম্ন ধর্ম অধর্ম তাংস্তং অচুম অরান ওন্থোক ওনিলল তৌই মাগী লু শাংলব মুপী অতুন যানিংদ্রবস্থ বলত্কারন হন্ন নম্ন সম্ভোগ তৌরিব কামাতুর ওইব নপা অদুন বাজারদ ফেংন ঝিংচৎ পিরবী মচল মচে শংবু থা ংবী মনুংদ অমুক নক্রুরদগী হেম্ন পাপী ওই। অনি অাসগী অকুপ্প অম্নব থংউ অহানবগী রাখলদ লোংপ কামাতুর অসন অাকোংগী লমচৎ মোংপ অসিদগী হেন্ন মরাল লৈরবান।

To kill an enemy is right for a Kshetriya King. A Braumin or a Sanyasi's should practise strict forbearance and forgivness ক্ষত্রি নিংথৌ অমগাদমক্তদি য়েক্লববু হাৎপ হায়বসি অচুম্বনি ব্রাহ্মন নত্রগ সন্ন্যাসিশিংগীদি থাংব কনব অমস্তং ঙাকপীব হায়ব সিদগী খোংফম লেংদন লৈগদবনি। মশা কঞ্জনব ওইরব ফাওবদ অতোপ্প হাৎপ মখোয়গীদমক্ত অরানবনি।

ঙমলবদ নিংথৌন মশাগী মাংনব তৌরকপ মীবু ঙাকপীব অমস্তং কাবিব য়াই। প্রজা খিবিকপু অবাব পীরব মহুবু ঙাকপী কনবীহুন থম্বদি অরানবনি।

To speak an untruth, for saving the life of a Mahatma or one's Guru who has been unjustly charged by the officer of a state ; is right. রায়েল চুমদব শাসক অমন কনাগুম্ব মহাত্মা অমবু নত্রগ মাগী গুরুবু মরাল পীড়ুন অরাফম পীব তারগ্লবদ, মড়ুবু কম্নবগীদমক্ত সংসারদ লৈরিব মীনম্ব পুম্নমক্কী মতেং লোড়ুন শিজিন্নবদ মড়ু অরানব নত্তে। অরানব অড়ুন ময়ামগা ফননব ওইরব মড়ু অচুম্বনি। অসিগুম্ব মতাং অসিদদি অরানব অসি অচুম্ব ওল্লক্লে। To speak a truth which brings harm to many is untruth only. To kill a dacoit who is committing murder on the way fareis daily ; is only Ahimsa, অচুম্ব অড়ুবু ভাংবদ অমস্তুং শিজিন্নবদ মী কয়াগী মাংগদব ওইরব মড়ু অরানবনি। অহাংব লম্বীদ লুট-পাত তৌড়ুনত লৈরব ডাকুশিং হাৎপ অড়ু হিংসা নত্তে তৌদব য়াদব অহিংসানি। মথোয় সমাজগী য়েকনবনি। ফিভম অসিদ হিংসান অহিংসা ওইরবে। মতাং অমদি মফম খুদিংদ মুম্ন খন্দুন বিবেক বিচার তৌগদবনি। অচুম অরান নিংথিন খন্দোক্লগ অচুম্বশিং অড়ুত তোগদবনি। অস্তুম্ন পুন্সিদ অচুম্ব অশেংব লমচৎ চত্তুন মীপুম্বন ধর্মবু থাগোম্নব ওইসনু।




লোইরব

*India should take up the moral leadership of the world, bringing a message of hope and deliverance to the oppressed and exploited races............*

*I feel that India's mission is different from that of others. India is fitted for the religious supremacy of the world.*

*There is no parallel in the world for the process of purification that this country has voluntarily undergone.*

**MAHATMA GANDHI**

## লাইব্রিক খণ্ড

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | জ্ঞান গঙ্গা | এম, নিংথেমজাও সিংহ | ৩.০০ |
| ২। | মুংশির | " | ২-৫০ |
| | ইংলিংগী লাইরেং | এম, ধাইস্কুল সিংহ | ২-৫০ |
| | লাইনাগী জৌমকবম | " | ৫-৫০ |